# ঙসিদি লাক্লে

( ৱারীমচা শরুগী পূন্সিনৱা )

শ্রী, চিত্রেশ্বর শর্ম্মা




কচ্চরি !

* * * *

ইবা পাবা,
হৈনীং হৈনীং হৈহৌদ্রবা,
তম্নীং তম্নীং তমহৌদ্রবা,
মীমাঙ্গ' ঙমহৌদ্রবা,
পিদোলহৌর'লক্ৰগী,
ব্বারী মতেক্ খরসি,
লাম্বোকচরি।



চিত্রেশ্বর



ব্বারী মচা খরসি ফোঙদোক্লবগীদমক মনিপুরগী মহৈ মশিন
লোয়শংন শেলগী মতেং খরা পিবিরকই।

# হায়জনিংব খরদং

হৌজিকসিদা লাইরিক্ পুথোক্পা ( ইবা ১স্নুং ফোঙদোকপা ) হায়বসিমক্ খঙ্ঙরুবদি থোইদোক্ত ইকায়নীংঙাই ওইরবনি। ঐদি "লাইরিক্" হায়বসিমক শুকহায় হায়জনীংদে। লাইরিক হায়বা বাহৈসিনা ঐখোয়দা খঙহল্লিবা পোৎশক অসিবু ঐনা য়াম্ন শেংম, নুনা থমজরুব' ১স্নুং খঙ্গরুবদগী। ঐনা খঙ্গে, হৌজিক্কী ঐখোয়খাইদা পুথোক্লরিবা—বারেং, শৈরেং, বারিমচা ১স্নুং মপুংফাবা বারী ( নোভেল ) নচিংব; অদুগা স্কুল, কলেজ, ১দি অপিকপা অঙাংশিংগীদমক্তনি হায়দুনা ফোঙদোক্লরিবশিং অসিগী মতীক ময়াই ১স্নুং মখোয়গী থবায় ওইরিবা মচাকশিংসি খরদং কুপথনা য়েংশিল্লবদি মখোয়সিদা ( ঐগী ওইনা ) য়াম্ন শেংলবা বাহৈ—"লাইরিক্" হায়বসি শিজিন্নফম্ থোকলোই খঙ্গে। মাইকৈসিদা চৎলগা য়েংলবদি হুজিক হুজিক্কী ওইনা ( ঐগীসু মীগীসু ) মাঙদা তারিবা বারী-বারেং ১স্নুং শৈরেংনচিংবসি মশক তাকপা মতমদা লাই-রিকনি হায়জরবসু য়াফম থোক্তে; মরমদি মখোয়দা লাইরিক অমা ওইবগী মতিক ময়াই য়াওনদ্রে। লাইরিক্তি ললোনপোৎক য়াম্নমক খেঁম্নৈ, অদুবু হৌজিক মতমদদি ললোলপোৎ হায়বদু লাইরিকপুসু ওইনরে।

লৈবাক অমদা হেন্দোক্ত না লৈকাই অমদা খেন্নবা লাইরিক তম্নরে। 'অ' না "অলু" হায়না 'অ' গী মশক তাকপা লাইরিক তম্ব অঙাং অমগা 'অ' না "অঙাং" হায়না মশক তাকপা লাইরিক তম্ব অঙাং অমগা পুন্ন লাইরিক ঔরাইমিন্নবদা— '‘অ" মশক পঙবদি লাইরদুনা খুংথোক্ত খংনরে। করম্বনা চুমগনি কনানসু য়েংশিন্দে। অসিতা নত্তে বনান্গী ১স্নুং প্রেসকি অশোয়বা মশিং লাকঙমদনা লৈরি।

অসিগুম্ব মতমসিদা ঐগুম্ব খরনা লাইরিক-কি অশেঙবা মমিংসি বাইরগা বারেং-শৈরেং পংফোঙদা ফোঙদোক্লরিবা অসিমক অঙাওবনী। নত্রগা বাখল য়াওদবনী হায়না লোৌকম থোক্লবনী খঙ্গে। মসি অখঙ অহৈশিংন নৈনবদসু হুংঙাইরবা মচাক ঙাক্ত ওইরবনি। হৌজিক পাবিনবা মীশিংদগী ইবিনবা মীশিংন হেনগৎলক্লবা হায়না চিংনবা য়াওনরে। অদুবু অশুক য়াম্ন কোঙনরিবা ইনরিবা লাইরিকশিংসি মথক্ত হায়জখিবদুনী অমম্বদা লৈরি। অদুবু পুম্নমকসি খঙনা খঙনা ( ঐ ইশামকসু ) অঙাওবা ১স্নুং ঈকায়নিংঙায় ওইরবা থবক অসি অসুমক চৎরি। ঙসি ইশাগী ইরাল ইশানা কাওথোকচদুনা বারী মচা খরগী অপুনবা খরসি ময়ামগী মাংদ লাম্থোকচরি। মতাংসিদা নীংশিংজনীং-বদি মীনা পাবিগে পাবিয়ু, পাবিদ্রবসু কায়দে, ফোঙদোক্লগা লোইরে হায়বা কাংবু অমসু থোক্লক্লি। মসিবু অঙাওবা মশিং হেনগৎলকপনি হায়না অদুম শন্দোকপিয়ু। অদুগা কৃতিসিজমদা শক মায় য়েংব কয়াসু পোক্লক্লে হায়বসিসু কাওবিগনু। ঐগীসিদি মওং তাবা তাদবগী বা, ফজবা খিবগী বাখল থোইনা খনবিরুসু। মসিদা ময়াম্ন ঐবু ঙাকপিগনী।

অইবা

# য়াওফম তারুপা





# মর্মি

**ইম্ফাল** সহরনা চাওখৎলকপদা প্রেমলাল ভাট্টাচার্য্যগীস্থ অচৌবা শরুক য়াওই। ৱাফম অসিনা প্রেমলালগী মায়থোংদ স্নাগী মশেক মঙাল ফাওররে। অচুম্ববুদি কনান হায়বা ঙমগনি, অচম্ব প্রজানদি প্রেমলাল, ইম্ফালগী অচৌবা ললোনবা দুকান্দার অমনী হায়বতা মখঙনবনি। মাগী দুকান্দ অরু অহেন অদুগা চান-থরুবনচিংবগী পোৎ খুদিঙ মরাং কায়না পৈথুনা লৈ। চৎলুবা মী অমতনা মাগী দুকান্দগী নিঙবা কায়না হনখিবা য়াওদে। অদুম ওইনমক মাগী শেলতনা চীংমুক ৱাংন পৈখৎলক্লিবা অসি মণিপুর প্রজাগী ঈ খুজোক কয়া য়াওখ্রবনি। প্রেমলালবু থাজবা অদুগা মাগা মরি লৈনবা মীশিংন মুংশিবগী খোইহী চেনবা ৱাহৈ কয়া হায়জখ্রবস্থ মনুংগী ৱাফম অদু খঙনবগী অপিকপা লম্বী অমদি হন্দক্ত খঙলে। মণিপুরগী শাসন পায়বা মীশক কয়াগা অৱোনবা মরি কয়া লৈনরবস্থ ৱাফম অসিমদি প্রেমলালনা চেনবা য়ারোইদবা শাক্তি লৈ।

হন্দক মরক প্রেমলালগী দুকান্দ মরম্ ইচা চাদনা ইনখৎলক্লিবী মুপী অমা তোয়না উবা ফংলে। মহাকসি মতম খরগী মমাংদ ইম্ফালগী মচি অমদা মশাগী মরি মতা অমগী য়ুমদা লাইরিক তমদুনা লৈরম্মী। মতমদুদা মশাগী হৌরকফমগা মরি লৈনবা ফিজেৎন লভেংসম্মী। খ্বাংদ শাবা, ফিবাল মরক মরক্ত মাগী জাতিগী য়েলহৌঙৈগী মমিতারিবা মচু কয়াগী লৈরোং হৎলবা ফীতনা মুখ্বাংদ শেৎলম্মী। মতমদুদা উহৌবা মীশিংন মুপী মচা অসিবু ইৱাই লাইনা হায়বা ঙমগনি—মহাকসি মণিপুরগী খা নোংচুপ চিদায়গী মীতানি। নত্রগা মার অঙগা মিজৌ নিঙোল্ ওইরমগনী হায়না। অদুগুম্বী ইনখৎলকপগী নীংথিজবা পুম্নমক মশাদা ৱাত্তন লোইনরবী মুপী অদো ঙসিদি মহোশাগুম্ লাইরিক নাকুন্দ য়েপতুনা পাওনা বাজারগী লম্বীদা চৎখিদ্রে। মকম অসিদা লৈরিবা স্কুল অসিদস্থ মহাক্কী মমিং লৈত্রে।

অদুগা য়াম্ন নুংঙাইরিবদি খুবোম চাওতক ভৌবী চীংলমগী নিঙোল্ অদুগী অঙৌবা খুবোম অদু ঙসি উবা ফংদ্রে। চাওখৎলকপগী ঈথক্ত তাওখিগ্রনা মীরৈবাকী সান্নীনা কুপগ্রে। পোকপদগী চৎনরক্ত্রবা মশাগী হৌরকফমগা চুনখিদ্রবা; চিম্মালদা লিপসটিক্ক ঙাংগ্রে। মিৎত কাজন, পিশুমদা আইব্রো পেন্সিলগী অমুবা মমি নীংথিনা তাগ্রে। নিঙোলগী ইনখৎলক্লিবা হকচাংদ নীংঙমদনা কারক্লিবা ঈথকপু অনৌব ফিজোলগী অপাবা টেরলিন নায়লোনগী মতেংন হকচাংগী ফজরবা কুচু উৎলিবদু উরুবা মীপুম খুদৌংগী মিং থক্তবা ঙমখিদ্রে। অওনবা শক্তম অসিদা ঙহাক ঙকলুরবসু নুপী মচা অসিবু মিৎকুপ্তনা য়েং-শবদি শোইদনা খঙবা ঙমগনী, মহাকসি বাঙ্গালী, হিন্দুস্টানী নত্রগা পঞ্জাবী-সিন্ধী জাতীগী শকহেনবী নিঙোল্শিংগ করিগুম্বদসু নকশিন্নবা য়াদে। মাগী মহৌশাগী ওইবা মিংফম অমদি নাতোন্, ফনা শেমদুনসু ভুমখৎলু অদুগা লাওথোক্লকউ য়াররোইদবনী। অদুবু রাখল অসিদি নিঙোল অসিগী থোপ্ত চংখিদবনরা মশাগী অনৌবা ধর্ম্ম অদুদা থম্নাই হকচাং লুপশিনখ্রে হায়বা ইরায় লাইনা খঙবা ঙম্মী।

নুমিদাং পুং ৯ খরা হেল্লকপদা প্রেমলালগী দুকান্দবু পোৎলৈব চঙলুরবদি নুপী মচা অসি ইরায় লাইনা উনবা ফংগনী। করিগুম্ব নুমিত্ত প্রেমলালগী দুকান্ন মী খরা ল্লাৎলবদি নুপীসিনা প্রেমলালগী মহুৎশিনবা থবক পুই। খরগা কুপশিন্ন য়েংব মিৎয়েংদ খঙবা ঙম্লিবদি নুপী অসি কনাসু নত্তে প্রেমলালগী য়েৎ থংব পান্মোন্নী হায়বা অসিনী। মহাক অসি চৎন-থোক্ক লৈবা প্রেমলালগী খ্বাইদগী নক্লবা ইমুং মনুঙনী হায়বসিমসু চিংথবা য়াদে।

চুরাচান্দপুরদগী হায়গৎলকপা বস গাড়িদা করিগুম্ব শকহেল্লবী নুপী অসিনা তোংলক্লপা পার্কিংদ কুমথরবা মতুংদদি মুন্না য়েংবিয় মহাক মহৌশাগুম মরি মতাংগী য়ুমদা চৎলরোই প্রেমলালগী দুকান্দ নত্তনা। লোইনরক্লমগনি রিক্সা অমা থম্ব মপোৎ অদুগা মাগী থাদোকপা য়াদ্রবা মখুৎদাংগী অরংব বেক অমসু। করিগুম্ব কষ্টম অফিসকি

মী অমনা ম্যাগী পোৎশিং অদু ইনকারী তৌদুনা য়েংলম্লগদি খঙবা ভম্লমগনি মনুঙদা করি করি ম্লাওরম্বগে হায়বদো। অদুবু মদু য়েং- হৌদ্রবনিনা প্রেমলালগী লংথৎলক্লিঙায় ওইরিবা হিরা মনি মুক্তা অদু দুকান্দ অসিগী গুদামদা লৈগ্রে।

প্রেমলাল ভট্টাচার্য্যগী মশা পারবা পুজারী অহনা হায়বদি কলিকতা সহরদা প্রেমলালগী ইমুঙ মনুঙগীসু অচৌবা করবার তৌরী। করিগুম্ব মরক মরক্ত অহল লমন, মরি মতানা মথোয়গী ইম্ফালগী দুকানবু য়াম্ন চেকশিন্ন থল্লী। মরম অসিদগী প্রেমলালনা ফনমক মশাগী জাতিগী চেস্থবা লমচৎ চৎলবসু কারবার অসি মুত্তনবা হোৎনবসিনা অথোইবনী হায়না থল্লী। অহল লমনগী খুদোংথিবা লৈতবনিনা প্রেমলালনসু মনিঙ তৌজবদা করিসু চিংননিঙায় লৈতে। অদুবু হায়বা ভমদে নিঙোল অদুগী লাইবক লেপ্লদি !!!

---

অমা

# ঈথচাবা

নোংজুথাগী থাবল মুশি মুশিবা অহিং অদুদা ঐহাক ইথন্ত য়ুমলোমদা চৎলি। খ্বাইরম্বন কৈথেন্দগী ময়ুম ময়ুমদা হন্নুরবপী পোৎকম ফম্বী মুপী খরম্তু পূল্লপ্ পূল্লপ্ চৎনরম্মী। খুদাংগী ঘড়ীদা পুং কয়া তারবগে হায়দুনা শেংফাত্তবা থাবল মঙাল অদুদা য়েংলুববু পুং ১১ রোম তারম্লে। নোংচুপ থংব অতিয়ারোমদা ইঙাগী মথৌনা মরিংজেল খারবা নোং ফুরুপ অমস্তু মুংশিৎকী মমাং থাদুনা পাইখৎলক্লি। অমগা অমগা নাপল কাবা তান্নরিবা নোংদুমশিংদুগী মরক্ত নোংথাংন লৈজবী থাদুনা জগোয় শারকই। মঙাল অদু উরুবদা থমোয়দা মথোং খঙদবা মুংশাথিবা অমা পোকই। লোইননা নোংঙৌ অদু মিকুপ খরগী মতুংদদি ঐখোয়না লৈরিবা মফম অসিদস্তু য়োশিল্লক্কনী, অদুগা মাগী শাফু কল্লবা নোংলি অদুনা লৈমায়দা হৈথরক্কনী হায়বা ইরায় লাইনা খঙবা ঙম্মী।

ঐহাক নোং য়োরকত্রিঙৈদা য়ুম য়োহৌদবা য়াদে খন্দুনা খোংথাং খরা কন্না থাংল্লী। ঐগী তুংদগী মুপী কাংবু অমস্তু মখোয়না থোক-পা কয়া মগোং মরম খঙদবা রান্নী পংশাদা শারদুনা চৎনরী। মকোক্ত ঙাগী লুবাক অচৌব অমমম্ কোকথোংনবদুনা মখোয়দি নোংগী রাখল থোইনা তৌবা মান্দে। মশা মশাগী রারীদা রাখল চংব মাল্লী। মাংদ মুরি মুরিবা মীগী মওংদি মানবা অমা অনিস্তু উবা ফংই! খরা থাপ্পনা মশক লাকশিনবদা খুদোং চাদে। তাঞ্জা অসিদা শিথ-রকপগী মপুং ফাদবা থাজ অদুস্তু অথাবা নোংদুম খরগী মরুমদা চঙশিনখরে। ঐগী খোংথাংদি লেপ্তুবনিন মাংলোমদা চৎলম্লিবা মী খরদুগী মনাক নকৃশিল্লম্মী। নকশিন্নরবদা খঙলে মুপী অমগা মুপা অমগনী চৎলম্লিবদু। মখোয় অনি হান্ন করি করি রারী শা'ম্নরম্বনো

মতুদি ভাহৌদ্রে। অতুগা মখোয় করিগুম্ব রারী খরদি ঐনা তাদ্রিঙৈগী মমাংদ শানখ্রে হায়বসি মখোয়গী মতৌদগী খঙবা ঙম্মী। মুপী অতুনা মখোয়নিগী চখরক্লিবা রারীগী মখা তাথরকপা ওইনা মুপা অতুদা হায়রি— "···ফরে, চুরুপতুম্ অমতা থকসি।" মুপাতুম্ হে:য় মায় হায়দনা মাগী ফুরিৎখাওদগী চুরুপ লৌথোক্লগা মুপী অতুদা পি। মতুদা মুপী অতুনা অমুক হায়রকই— "মৈ চাকপিরকউ, মচৈতুমা লোইনবকা থকচবা ঙমগদবী নত্তেদা। িন অসি ইমুং মুংঙাইতে হায়দুনা তৌবনী।"

মুপা অতুম্ব— "ফরে ফরে অতুদি ঐ চয়ক্লগে" হায়দুনা অমুক মাগী ফুরিৎখাওদগী মৈখেৎ লৌথোক্লগা মাগী চুরুপ অতু চমখৎখ্রে। মুপা অতুগী মৈখেৎকী মৈঙাল অতুদা ঐহাক য়াম্ন চেকশিন্ন মখোয় অনিগী মশক খঙবা ঙমহৌত্র য়েংলম্মী। অতুবু অয়াবদি মখোং লুক্তবা মুংশিং অমনা চিঙৈ লুমজিলক্লুনা মৈখেংকো মৈ অহ মুথৎখি। ও! ঐগী নিঙব কায়খ্রে। ঐনা মখোয় অনিবু অতুক মুন্ন খঙনীংলুবগী মরম্ কনাগুম্বনা ঐঙোন্দ হংলক্লবদি ঐ করিস্মু খুম্ব ঙমদবা য়াই। অতুবু অসিগুম্ব মতম, অসিগুম্ব অহিং, অসিগুম্ব পৃংঙাদা মুপা অমগা মুপী অমগা য়াম্ন চিকথনতুনা চৎমিন্নরম্ব থেংনরবদি মীপুম খুদিংমক মীকুপ নাহুম শেন্নবা তোক্লয়োই হায়নিংঙী।

মুপা অতুনা অনিরক শুবা খেৎপ মৈখেৎ অতুগী মৈ অতুদি মখুৎন মুংশিৎ খনখিতুনা মুৎপ ঙমদ্রে। মাগী চুরুপ চমখ্রে, থকখ্রে। অতুবু ঐনা ঙশাইমখৈ শেন্নরিব মীকুপ অতুদি তম্খায় অমা অরেম্বদ তারে। মুপী অতুগী মশক খঙবা ঙমহৌদ্রে মুপা অতুগী মখুৎন মৈ খপ্তিনখিতুনা মুপী অতুদদি মৈঙাল য়োৎখিদ্রে। অতুগা মুপা অতুমদি হায়ফেৎ উহৌবতু ময়েক শেংদ্রবম্ব চাওরাকপা অমদি মাগী মশক লাকশিনবা ঙল্লগদ্রা নীংলে!

ঐহাক য়াম্ন থম্মোয় শোম্থরে। ইশাগী খর ফাওব কন্ন হোদ্রে। খোঙথাং খুদিংগী খোংউপ মখোন্ মখোয়নিনা ভাখিদনবা হোৎনরে।

অদুগা য়ারিমখৈ মখোয়নিনা ঙাংনবা য়া তাহোনবা হায়বসিমদি থাব নত্রি। মখোয় অনিস্থু করিগুম্ব অমত্তা নাচুংবীগা তৌদনা য়াম্ম চীং-লেম্ম চৎলি। খোঙথাং খরগী মতুংদ নুপা অদুনা চুরূপ্ অদু নুপী অদুদা অমুক পিখ্রে ! থংনবা নিকুপ্ অদুদা মা'দ মী অমখক ঐখোয়ন চংলিব লম্বী অদোমদ মায়োক্লন লাক্লে। অদুগা পঙথাপ থাপ্তুনা লমলোং অহুম ফাংব মফম (মোইরাংখোম) লৈরে। মাংওইনন লাক্লিবা মী অদুনা য়ৌশিল্লকত্রিঙৈদ, নংহৌররোয় হায়বগী মতাগুম নুপী অদুনা চুরূপ্ অদু অমুক অনিরক্তুং খংচিং চিংলুরগা মনাক্ত চৎমিন্নরিবা নুপা অদুদা শোন্থাংননা হায়খি—"হোরেল মনিংলোমদ চঙলকউ, ঐ তাঞ্জা য়লগা খোঙ হাংদোক্লক্কে।" নুপা অদু নুপী অদুনা য়াহৈনা হেক লোয়বগা মহাক অমুক মাংলোমদা মখোঙ থাংদ্রে। মফম্ অদুদা লেপ্তুন লৈহৌরে। নুপী অদুস্থু মাগী চুরূপ্ অদু অমুক্তুং থমোয় য়ৌন চিংশিল্লগ লম্বীগী নাকন্দ লংথোক্খ্রে। তুংলোমদ হন্ন ফাওব য়েংলমদনা খোঙথাং হায়গৎতুন চখৎখ্রে।

ঐস্থু মতাং অসিদ ঐগী খোঙথাং লেপলুরবদি মখোয়ন চিংনখিব য়াই খন্দুনা মাংলোমদা অতুম চখৎলে। নুপাতুগা ঐগা লেংথৈনবদা ঐবু তথক্ তথক্ল য়েংহৌই।

অমুক মাংদ চখৎখ্রিবা নুপী অদুগা অতোপ্প নুপা অমগা মায়োক্লন লেপ্লদুনা লৈরম্মী! ঐনা চংশিনখিবদা নুপীদুনা অস্থুম্ম হায়বা তায়—"ঙসিদি তাঞ্জা অমা চাখ্রিদ্রে, ইবেচাখোয়—ইনম্তোনখোয়স্থু অমতা থেংনদ্রে। ইপাং অমতা য়াওদদনা কয়া কিনা কিনা লাক্অবা। মখোয় পাবুংন ওক্পিরমদ্রবদি কয়া জুগোৎ চারম্মোইদোবনী। মাগী ইবেচা হাইবীদো খঙ্গনী হয়েংদি....।" নুপী অদুগী মনাক্ত লেপ্লিব নুপা অমুক হায়রকই—"নোংচিং তৌদৌরী অদুগা নপাং লৈত্রে হায়রবদি থরা ঙম্ম কোক্ কুম্লকপা য়াদ্রাও? নুমিংসি কয়া থেংঙ্গ্রে?"

—"পোৎ ইশিং শিত্তবদুদা ঙহাক ফমথরুরে। মহোইনা ঙাই-বিরমগদ্র খন্দুনা থৌশারুদবনি।" নুপী অদুনা খুম্লকই। মদুগী মতুংতাবদি মখোয় য়া অমতা ঙাংনখ্রিদ্রে।

---

# তারিখ

চরা হেনবসি ফনা ফজনা হৈনরে। হৈনিঙ্তুনা তমলুবদি নত্তে। মশানা মথন্ত ওইক্তরকপনি। ফৌ শংবায়দা লুপা ৬ পিরিদৈদদি রাখল অসি থোইনা খঃরমদে, অদুবু হৌজিক্তি শংবাইদা লুপা ৩০ দা অসুম লৈশিল্লক্রবনিনা লৈজদবা ঐখোয়দি মশানা চরা হেনবসি হৈনরকপনি। চাববু ফংলক্তবদি অয়াম্বনা অফঙবা অমা হেক্ত চাবসি হৌনশানী। চেং ফংদিদৈদগী য়ামগী তল্না খরা অমুক মতম লেল্লেগ য়াম্ অংসু অমুক্ত ফঙনিঙাই লৈরক্তবদি চরা হেল্লোয়দবগী মরম করি লৈরি? মসিবু থোওইনা তমলুবগী রাফম ওইগদ্রা?

নুমিৎ নিনী চরা হেল্লক্রব মতুংদ বীধুনা ঙসি চাকলুক মপান্দ ফমজবা ফংলে। চাক চাদ্রিদৈগী মমাংদ মহাক্কি মচা অনিনা চাক চখোম চাওনা চাওনা হুক্লিবদু য়েংলগা মশাগী অৱাঙ্বদু খরদং কোক্খিবগুম খল্লী। মুংঙাইজৈ, মায়থোঙদু মোমোন নৌকচৈ। মিকুপ অদুগীদমক্তি মুখীনা মপুরোইবগী মফমদা নুংঙাইবতা ফোংদোকপ্রবসু থ নবা মিকুপ্তদি মপুরোইবগী অৱাবতু নীংশিংদবা ঙমদে। বীধুনা চাবা থকপা লোইশিল্লক্তদোরবা উরদুনা মুখীনা ফৌ বোরা অমা পোঃরকখিবদুগী রারী রাখোঙ থিগৎলকই।

বীধুসু মুখীগী মফমদা মহাক্ক কমদৌন ফৌ অসি ফংলক্লিবনো হায়বদুগী শক্লপ রারী অদু লিথরকই।

মসিগী মমাংদ বীধুনা মাগী ঙমজবা শক্তিমখৈ শিজিন্নরবসু মচা অনিখক্তংগী চরাদং ফংজবা নত্তনা মহাক্কী লোইনবী অদুগ মশাগীদি চরা হেনবা নত্তনা উপায় লৈখিদ্রে। চৎনবী সমাজগী মমাংদ ইকায় ইঙ্গোয়বা থবক কয়া মীধুনা চরাদং হেন্দনবগী শুখ্রবনি। মহৌশাদি বীধুহে নুপা অমা ওইনা মমাল্লবগী মীরক্ তিঙ্গরম্মী। হৌজিক্তি মহাক মীগী মখাদ পোৎয়োনফম শঙ্ অমগী পোৎ হোন্দোক হৌগ্লিন

তৌরি। থা অমগী ওইনা লুপা ৬০, গী চাংদ তলব্ ফংজে। মদুস্তু থা অমগী শেনফম থা হৌদ্রিঙৈদনা লৌথোক্তুনা লোইখ্রে। লৈকাইগী য়ুমলোম্নবশিংদস্তু মহাক অদুগা মাগী মুপীনা পূশিল্লুবা শেন অমদি পোৎ মশিং খংলক্রে। অমুক হন্না পূরুফম লৈত্রে। মখোয়গী য়ুমদগী য়ুমলোন্ ৪/৫ চৎলগা লৈবা চেং হরায়, থুম-থাও য়োনবা দুকান অদুস্তু মখোয় অনিগী মরক্ত অমতংন চঙলুনবগী শক্তি লৈত্রে। মরমদি থোদোক কয়ারক্ত দুকান অসিদগী মখোয়না মাইথিবা ফংখ্রে। পল্-লুদুনা কান্নদে মুখীনা দুকানসিগী মপাদা করিগুম্ব চৎলুরবদি থাঙ হাংলম্ব দুকান অদু থোঙ থিংজিন্খ্রিবনি।

বীধুগী মুপী মুখীসি থবক্ত মথৌনা লৈবী মুপীনি হায়না লৈকাইনা শিঙথানৈ। অদুবু হৌজিক্তি মুহাক্কী মথৌনাদু নীংথিনা শিজিন্নবা ঙমদ্রে। ফীশাকোল অমা লৈজ্ঞে অদুবু শেনলেপ পূথখিবদগী মেনখৎপ ঙমদ্রদুনা হৌজিক্ ফি শাদ্রে। অরৈব মপোৎ মচৈ অয়াম্ব কায়বা য়াবমখৈ কায়খ্রবস্তু মহাক্ক কোন অসিমতংদি লেংলরোই হায়না ৱাশকখ্রবীনি। কোল অসি লৈখিদ্রবী মহাক্কী মমা লুখ্রাবী অদুনা মনাদগী স্না কায়রগা লৈবীরম্বনি। মহাক্ক বীধুদা ওঙলক্ৈঙদ মহাক্কী মমা লুখ্রাবীনা পূথম্ অমা তেঙ্গোৎ অমা, অদুগা চায়ৎশেন অমগী মথক্ত শেংনা ইন্নবা মফি খরগা উনবীরকই। মচানা খুৎশুকোল অমা লৈতবদগী থবক শুনিঙাই লৈতবদু উরদুনা কায়নথংদ মামনা কোল অসি পিবিরকপনি। কোল অসিগী মপান্দগী মুখীনা হায়নীংঙাই লৈতনা কান্নজবস্তু ফংখ্রে। চিরবা মতমদা মসিদা শাবা ফিরোল খরনা চরা নোংখন্নবতা নত্তনা মচা অহলগী লাইরিক লাইশু তম্বগী খরচ পুরকই। মরক মরক্ত মুখীনা মহাক্কী ফিশাকোল অদুবু মুন্ন য়েংলগা কোলগী ময়াং অদুগা নাচল্লী উপুদ মিরাং থুরিবদু শেংদোকচৈ। অদুগা মথস্ত শোল্লকই—"ইমা নঙগী কোলসি মিরাংগী মকোন ওইরেদো।" মুখীগী মমিত্ত পিগী ঈরা চেন্নকই, থিংদুনা

থমলুরবা অশাংব নিংশা শ্বর অমা শাংন হোন্দোক্লকই। অদুগা মহাক্না পেন্দবা অদু ঈশ্বরদা তাইনজরকই—"হেঃ ঈশ্বর ঐখোয়বু শিবা ফাওবা অসুম্ন ব্রাদুনতা শিরগদ্রা ?"

মুখীগী নীংব কায়রবা ব্রাহৈ অদু বীধুনা থবক্ চৎপ থেংখ্রে হায়দুনা তফিং তফিং হিপফমদগী হৌগৎলকপদা তাহৌরমাল্লে খুম্লকই —"অদুগীদমকপু নঙনা ব্রারিব্রা ? পোইন্নু লাক্লগা উচিদসু মুপী তরেৎ লোল্লী হায়নৈ, ঐখোয়সু করিগী মুংঙাইরোয়দদগে।" মহাক্না ব্রাহৈদু তারুরগা মুখীসু ইকাই মুংশি তিন্নদুনা ইমুঙলোমদা চঙ্খ্রে। বীধুসু মাগী তৌগদবা মথৌ পূম্নমক চেন্ন চেন্ন পাংথোক্লম্লগা পূখ্রিদ কুমদুনা ইরুজরুরে। ইরুজবা কারকপদ মহৌশাদি খুদৈ অশেংব পুথোক্তুনা মঙ্গোলদা থমম্বনি অদুবু মদু থেংনদবা ফনা ফুইখ্রে! মুখীনা বীধুগী থবক কাবা নংনবা চাক ঈশিং থোংলবদি খুদৈ অসি মাঙ্গোলদা থম্মী। হৌজিক্তি চানা থক্লবা থোং-থাকপগী থবক তৌদ্রবনিনা ফি অশেংবদু পুথোক্তবনি। মসি পূম্নমক বীধুনা কুইনা তিন্নরক্লবনিনা খঙলম্মী। বীধুনা মফি হোংদোক হোংদোক্ল মুখীদা হায়খি—"নঙগী ঙরাংগী য়াম্ খরদু পুল্লোয় লোইখ্রবরা ?"

—"লোইখ্রে" মুখীনা খুম্লকই।

"খজিক্ত ফাওবা লৈরোইদ্রা ?" বীধুনা মখা তাথরকই। "অঙাং-শিংগী খরদা ওইরবসু কোম্নরোইদ্রা ?"

হন্দক্তি মুখীদু খুম্লক্তে, মচা নিপা অহনবু স্কুল কাহনগদবগী মফি মরোল শেৎপিদুন, লৈরী। বীধুসু মসিদগী মখা তাথবদি য়াররোই হায়বা খঙলমাল্লে তোকখ্রে। মশাগী থবক চৎনবগী থৌরাং তৌখ্রে। বীধুনা থবক কাবদা মচা মুপাবু স্কুলদা মুমিৎ খুদিঙ্গী থিল্লম্মী। ঙসিসু মুতিগুম্ন পুংফম চপ্ চানা ময়ুমদগী মপা মচা থোরক্লে শুমাং মতোন্দ লেপ্লগা ইমুঙ্লোমদা ওনশিন্দুনা বীধুনা হায়রম্মী— "ঐ হোরেন মুমিৎ য়ুংলমদাই অদরাইদা লাক্লে; অদুফাওবদি ব্রারবসু ঘানা অঙাংশিংদু হোৎনরম্ম্।"

ছুকান্দ বাধুনা থবক শুরবস্থ ৱাখলদি ময়ুমগীনী। মহাক্ন খল্লি —মনিপুর মচাশিংসি চরা হৈনবস্থ ফনায়ান্ন হেন্নরে অদুবু খাওবাদি ফনা নীংথিনা ওম্মী।

লৈবাক অসিদা শেঙ্গাও পাইবশিং অসিনা মিনমহুনা লাইরবা ঐখোয়দা তাৎ তৌরিবসি মমিৎন উরবস্থ মনানা তারবস্থ; উশিন তাশিন্নদবা ওম্মী। লৈবাক্কী লৈত লাইর মমা মচাশিংবু মুংশিবা ওমদ্রে। বাধুনা মাগী ছুকান মতুং অত্তুদা নীংব থুংদবগী ৱাখল কয়া মওন্ মওন্ খল্লিডৈদা ফল্লাংদগী ঘড়ীনা পুং ১১ মথং মথং শিংলকই। থংপ্রেক থংঙী বাধুদো। ফুক হোগংলি। করি তৌশিগে খল্লী। মহাক্কী মামিত্ত ময়ুমদা তৌরমগদবা ফিভমহু শং-শং উরে। মহাক মমিৎ শাওথোক্তুনা কোয়না য়েংব হৌরকই। লৈরিবা পোৎয়াম অদু চাবা য়াবা পোৎ অমতা উদে। কদাইদগী খুংগু খুংলাই, য়োৎ-তায়া অমসুং য়োপী রঙ্ যোনবা ছুকান্দ অচা অথক য়াওফম থোকপগে। অদুমকপু মহাক্কী নাকন্দ লৈরিবা মমল য়ায়বা ধাতুগী পোৎ মচাশিংগুগী মরক্তুগী অমতং লোয় মী উদ্রিডৈদা য়েপাশিনব্রাসিরা খল্লকই। অত্তুবু মপোকডৈদগী অদুগুম্ব নত্তবা করিগুম্ব অমতা হৈনজ-রক্তুবা বাধুনা থবক অদু পাঙ্থোকপা ওমদ্রে।

মহাক্ন খল্লী। মাগী মহাজন্দ লুপা ১০ দং হায়গী শেনফমহুগী মথক্ত পিবিয় হায়জরুরগে হায়না। মহাক্ মমুঙগী কাদা চঙশিল্লে, পাকশি মনাক্ত ফল্লিবা মকোয় শাংলবা কোক্য়েং য়েংপ মহাজনগী মনাক্ত লেপলুরে। অত্তুবু বাধুদি মমিৎন হায়ফেৎ য়েংলুবা নত্তনা ৱাহৈ অত্র মহাজনগী মফমদা হৌদোকলুবা ওমদ্রে। অসুম্ন মতমদি ওহাক্ অমুক হৌখে। মহাক্ন হায়জরুবদা মহাজন্ন ঙাংলক্তুদবা ৱাহৈদু বাধুনা হায়না খঙজরম্মী। মরক অসিদা মখোয়না ত্তো হায়বা থবক কয়া অমসু বাধুনা পাংথোকুখে। হৌজিক্ মুমিংয়ুংব মতুং পুংখায় তাশিনখে। ৱাধু লৈফম থংলক্তে; মশাগী অরাম্বদি করি থোইনবু নীংশিংলুদ্রে; ময়ুমদা অঙাং অনিনা খাংলমগদবা মত্তৌ অত্তুদা মহাক্ লৈবা ওয়ক্তে।

বীধুনা ঙশাই মখৈ তৌরিবা মওং অসি মহাক্কী মহাজন্ মকোয় অঙৌবনা শাংনা চেয়রবা, আনোক্ অঙৌবা হাপ্পসিনা মুয় খঙমায়ে, বীধুগী অসিগুম্ব থৌদোক্সি ঙসিতা নত্তে। মহাক্ন হংলকই—

"করি তৌরে বীধু! নঙগী থবক্ লৈত্রবরা?"

"বাবু, লৈ।" বীধুনা য়ায় কিনা অদুগা তফিং তফিং খুমজে।

"নঙ করি হায়নিঙবগে?" মহাজনম মখা তানা হংলকই।

হন্দক্তি বীধুদো মহাজনগী রাহং অদুদা ইচঙথৌনা খুম ঙমদ্রে। ঙহাক লৈরগা থমোয়শেংনা হায়জরকই—"বাবু, ঐগী য়ুমদা অঙাংশিং চরা হেন্দুনা লৈহৌরী য়ারবদি........!" মহাক মখা তাথবা ঙমদ্রে।

মহাজনম মোমোন নোক্লগা হায়রকই—"অদু ওইরগা নঙ ঙশাইনা হায়বদি কৈদৌই? চৎলু মুনিম্দগী শো লৌরগা গুদামদগী ফৌ অত্ত বেক অমা পুখো।"

ঙসি মহাজনম করিসু খন্থবা লৈতনা ফৌ পুখো হায়রকপশি বীধুদা মঙগুম থোক্লে। অসুক্ কুইবসি অসুম অমুক্ত হায়রক্তবনী। লুপা ৫ দং লৌনবা হোৎনবদা পুং ৫ দগী তাদনা ঙাংলিবনী। অদুবু ঙসিদি করি অমতা অপনবা লৈতনা ফৌ বেক অমা গুদাম-দগী পুখো হায়রকপসিদা বীধুগী থমোয়দা হায়নিঙায় লৈতনা হরাওরম্মী। পোৎ ফংনিঙবদগী মহাক থিন্দনা চৎখিদুনা মুনিম্দগী শো লৌরগা গুদামদগী ফৌ বেক অমা লৌথোক্লুরে। হন্দক্তি ফৌ লৈতবগী অরাবা কোক্খ্রবসু অনিসুবা অরাবা অমমুক্ বীধুদা নল্লরে। ফংজরীবা ফৌ খরদু ময়ুম য়ৌবফাওবা পুনবগী শক্তি বীধুদা লৈত্রে। উপায় লৈত্রদুনা বীধুদো মহাজনদ অমুকসু হয় চঙজরম্মী। মহাক্ন হায়জরম্মী—"বাবু রিক্সা ভারা ওইনবা লুপা অমতা পিবিখো।" হন্দক্তি বীধুনা হায়গুম্ চিংনবা লৈখিদ্রে। মহাজনসু মাগী পাওখুম্ পিবগী মহুত্ত লুপা অদুনা পাওখুম্ হল্লকই। থংনবা মিৎকুপ্ত বীধুনা রিক্সা অমা তনেক নেক্লগা ফৌ বেক অদু ময়ুমদা পোরকখি। মথকী থৌদোক্ পুম্নমকসি বীধুনা মুখীদা চিঙদনা তমখ্রে। মপুরোইবগী

য়াফম অদু তারুরগা মুখীগী পুক্লিংদ চিংনবা পোক্চৈ। অদুবু মুমিৎ অসিমক্তদদি মশাগী চিংনবত্থু ফোংদোকখিদ্রে। অদুম ওইনমক্ চৎলিবা থা অসিগী বীধুগী তলব অমুক্ ফংনিঙায় লৈরম্খিনী হায়বসি মুখিনা থাজখিদে। অদুগা হৌজিক্তি ফৌনৌ লাক্লবনিনা কৈথেন্দ ফৌ শংবায অমগী মমল লুপা ১৬ তা হন্থখরবনী। অদুবু বীধূ মুখীগী ইমু'দদি মমল হেনগৎপতনা মখোয়গী শরুক্ ওইরী। লাইরম্বশিংগী লাইবা তান্নবগী মচাক্লী লনশোৎপ হায়বসি। অদুবু করম্ তৌনী চরাদি হেল্লী। শোৎতনদি, পূদনদি লাইরবগী লৈরঙদা মৈচাক্ ফবা ঙমদ্রে। মুমিৎতু তাং ২৩|৯|৬৮ ইং নি। থা কাদুনা বীবুগী তা'রিখ শুবত্থু মুখীনা খৌরাংন ঙাইজরী।

---

অদুম

# রায়েল হৈাত

—ইবুংঙো! লাইব্রিক্ তম্ব চৎলোদ্দনা, থেংখে্।

—ঐ, স্কুল্গা অমতা কাররোই।

—করিগী? কৈদোনা কারোইদোরিবা?

—লেখাস্তু ইদ্রে, অতুগা অঙ্কস্তু হোত্রে, ঐ স্কুল্ চঙবা ঙম্মরোই।

—কৈদোনা ইদ্রিবা লেখানো? খরা তৌরা কাররোই, খরা লৈরা কাদ্রে। স্কুল্ কাবসিবু মুমিৎ খুদিংগী নেক্লখিগদ্রা ও?

—সিবু ঐনা তন্দুনা কাদবরো? ঐ ঙসাইনা লাইরিক্ পাযদুনা চৎকে তৌরুরবনে।

—অদুগা কৈদোরবা?

—ঙয়াং ঐনা হোত্তুনা থনম্ব অঙ্ক অতুদগী লেখাবোই অদুস্তু অমতা লৈরম্দ্রে। অদুনা স্কুল্দা চংলোই-এ····।

—নত্তেনে অদুবু কদায়দা হুন্দোকউরিবনো? নমান্নবগী ময়ুমদকা চিথ-লাকৃথহোদ্রাও?

—নত্তেসে, অমতা নত্তে। ঐনা কনাদা হুন্দোকউদোইনো? ঐখোয় পাবুংখোয়না ঙরাংদগী ফম্লিবা অদুদা লোইনা লৈহোরবনী য়েংউচো।

—হৈমা। নখোয় পাবুংখোয়না জান শান্নবদবু নঙগী লেখা বোই চঙ্ত্রনে হায়রিসিবো?

—খাজত্রগা য়েংউচো হায়রিসিনী।

—করি তৌনরিবা মখোয়দে?

—আঃ লোইরবনী, ঐগী অঙ্কগী লামায় অতুদস্তু মখোয়গী অঙ্ক অমুক্ খোৎচিল্লে। অতুদগী কোম্নরক্ত্তুনা লেখা ইবা বোই অদুস্তু অমুক্ ইহোরবনী। এনা বোইদু ঐগী মাল্লী হায়দুনা য়েংগে চঙলুবদা চুরূপ্ মনম নমখিরিকা, ঐগী লাইরিক পাকম্নকা ওইজনিংদ্রে কা

অদো। মৈখুগা চুরুপ্ মতেক্ বেড়ী মতেক্না পিক্ থলহৌরবনী। অদুদগী ঐনা বোইদু চঙশিন্দুনা য়েংলুবদা ঐখোয় পাবুংন খুপাক্ থাদুনা তাম্থোক্লকই। ঐনা হায়রিসিনী ঐদি স্কুলগা অমতা কান্নোইদবনী।

—কারি য়ানোনে হায়রিসিবো! ঐনা অঙাংগী লাইরিক্ ইনবা চে লৈত্রে খরা লৈবিরকউ ·লৈবিরকউ হায়বদি হোরেন্গা হয়েংগ নুমিৎ থাদুনা মতোক্পা! অদুগা নহান্দং তোলোপ হেক্ ফংলকপগাদি কদাইদগীনো মী অরৈমখৈ খোমতুনা পোরক্লগা ইমুঙসিদা চঙবিরক্লে। অঙাংগী চে লৈবিরক্প্রা হায়ববু জ্বারগী চেনা য়াখ্ৰেনিথোই লৈরক্পা। অদুদগী হেন্দোক্লুনা অঙাংগী বোই চেনা খরতা ঙাইজরবা অদুবু মখোয়গী শান্নবদা শিজিন্নখোক্পা অসিবু ঐবু করি হায়রসিগে? মী পূন্নমক্কী আফিসকী থবক্ তৌবশিং অসিবু ঐখোয়গী অসুম্ন তৌরমগদ্রাও। অঙাংসিনা হায়রিবসে করিমতা লান্দবনে, লান্দবা। মীগী মচাদি আঃ মিসন্ স্কুলদবু থাবনে, সেণ্ট্রেল স্কুলদবু তমহনবনে করিনো তৌনরিবা। ঐখোয়গীনা স্কুল চিদেক্পী অসিদা তমহন্বসিমক্পু য়াথোক্ ওইনরে।

আঃ নহান থাংজগী ছূতী নুমিত্তগী ফম্গৎলক্লিবনে—ফম্গৎলক্লিবা। ইমান্নবীশিংগী মমাংদ ইমায় অসে থমফম্ খঙদ্রবনে। ইকায়দা মীগী মমাংদ ইকায়দা। মীনদি হাঃ তলব চায়, অচৌবগী ইমুঙনিনা নুংঙাইরিনী হায়রিব, ঐঙোন্দদি খোয়দৌ অসি ফুক্লবনে, ফুক্লবা। মীগী মরাইবক্ ফবিশিংগীদি নুংঙাইরিদ্রা খঙদ্রে ঐখোয়গীদি কদায়। ইঙখোন অসুক্ চাওবসে মরোয় মকা অমা পৎ থৎনিঙায় লৈব নত্তে। নোংঙানবগা হোটেল্দ চা থক্পনী হেক্ত মচৎখি। য়ুমদা চা-চিনী খর-মখৈ য়াত্তনবা হোৎনরিবসে নোংমতবু থক্কে হায়রিদে। আঃ মী-কা লাক্অগা ভঙাই ফদনা অদুক্ থক্ লাক্পা অদু মঙায় করিনো করিনো মী ওইনা পানববু ঙমগনি থাজরক্তে। নুপানী নোংমতসু শীঙ মতেক্ অমা থায়বদি য়াইদনা মদুদি হায়রুম্ সুমাং

য়াই ফাওবা নোংমতা ফৎ হাইদবনে। অসিবু ঐনা হায়নিঙহুনা হায়বরো। ইপামদগী ইমা ইপানা করিমতা য়াত্তনা উনবিরক্পস্মু মহাকথক্ত লোইশিল্লক্লে। অদুগম্মু হায়জশারিয়ে, আঃ কার লৈরনী স্কুটর লৈরনী। মখোয়গী তলব লুপা ৫০০ দুনা কৈদৌদৌরিবা? অতাং থাশিদা চাবা ফাওবা কোম্নঙমদে। মীনদি আঃ সাহেপনি, অচৌবনী হায়শারদনা লৈকাইগী থৌদোক্ অমতা চিথবা লৈত্রে। কনাগী ষষ্ঠি পূজাকাওব ফাংনরক্লে। চেরিত্তিগী শেল থায়বা, টিকেৎ য়োনশিল্লবমক্তদা ঐ য়ুম অসিগী মথাদা মিকুপ অমতা লৈজনিঙ-দ্রবনে। করম্ম মীগী মমাংদ চোপকদগে খন্দুনা অফ-কত্ত পূম্নমক্ ঐনা উং-য়াইনা খুমদুনা ঙল্লীমখৈ মেনখৎনবা হোৎনবসিদা হেম্ম হেম্ম নয়াংবিরমাল্লেনে। খঙনী ঙসিদি চাকস্মু থোংলোই। থবকাস্মু কাদহুনা মরাইনা তোকচনী। য়েংগে মীগী মগুনসি থরা খঙহন্দ্রবদি য়ারোইদৌরি।

খঙদে, লাইমস্মু ফত্তেদা কদায়দগী সুপাশিংনো, ময়ুম মকৈবু লিংদবরা? মখোয়শিং অসিনা সরকারগী থবক্ তৌই, তলব চায় হায়হুনা করি কাম্নগদগে। নহাক্সগীনিনেসে ইমুঙ অসিদা কুল্লিবা ময়ুম ময়ুম্নবু থিনরম্লোইদ্রা? আফিসতগী তলব থরা পুরকপদো মখোয় মশেন্ য়েন্থোক্লদুনা ময়ুমদা অমতবু পুররোইনে তৌরিবসে। মখোয়দা শান্নজবদি লাইরদুনা ইমুঙ অসিদা ওইরিবা মওং অসে মখোয়না খজিক্তফাওবা খঙদমাল্লেনে। নত্তেদা, থল্লু থল্লুরগা থরাই অসি চাক্ইদা। মীঙোন্দ তাইনফম্ থোক্তে পূম্নমক্সি মহাক্তনা থোকহল্লীবা ঙাক্তনিদা।

হৌজিকপূ চাক থোংনিঙায় শীঙস্মু থায়দ্রি; ঙসিদি নিংথৌকাব-নিনা আফিস কাগে শোইদনা হায়রকনিসে। ঐবু শীঙ লৈত্রে শীঙ থায়রো হায়দুনা হেক্ত কৌথোকলুরসিরা? অদুস্মু মীগী মমাংদ আঃ ব্যবহার খঙদে, হাঃ উশিত্তে হায়দুনা অমুক লান থোক্‌দৌরিবনিনে। ঐদা মতৌজরুরগেদা। ঐগী থরায়সিনা হিংলিমখৈদি মঙোন্দ ঙমদে

কৌবদা মহাগী জয়রোই। অঙাং অতুমনা ঙাংবমখৈ ঙাংলম্লগা স্কুল চৎপ্রবরা লৈত্রিবসিনা! চৎপ্রেদনা লাইরিক লাইগু অমতা লৈত্রে। অঙাং অসিমস্তু মহৈ মশিন নীংথি মুংঙায়না তম্বীদজুনা মাংহনগদৌ-রিবা। মতৌদি হায়শারিয়ে ডাক্তর তমহনগদৌরিবনী—হাঃ ইঞ্জি-নিয়ার ওইহনদৌরিবনী কা হায়তুনা। অতুগা তৌথোরকপদি মচাগী খুৎই লাইরিক ফাওবা জার শান্নবদা শিজিন্নবা ঙম্মী।

ইহেঃ, নহানগী চন্নাং পাৎকি লৌ নিন্‌বগী কেশ অতুনা কমদৌ-রিগবা? নিপাশিং অদুস্তু লাক্লে। লুপা ২০০্‌ খক পিরম্বদুদা মখোয়না শোয়দনা ঙন্নগদবনী খল্লতুনা লৈথোকপ্রবা জাৎলা। করিগুম্ব শোয়-লাক্নুনা ঙমুদা-লাক্ত থোক্লবদি মাঙ্‌লে। শেন্‌ হনবদি লাইরতুনা মীনা ঐবু থীনা ঙাংনখিদৌরিপোৎনী। হোরেন মহোয় পাবুংন লুক হাৎরিদৈ রাকমশি অমুক্তং তঙ্‌তানা ঙাংনহৌদবা য়াদ্রে। হয়েং মীগী মমাংদ "লেম্বীস্না" ঐ শিবা য়াবা নত্তে। অতুগা চাকৌবা নংনবা ঐগী কৌ চরোং পরেং অসিমতংগ নেকলেস ওষ্হোকহৌদবা য়াদ্রে! ইমায়পেম্মা ঐদি ঙাংলিদৈদা পৃং অসি আঃ য়োৎপ্রেদনা, চাক নংদতুনা তোক্লরনী। চাওবস্তু লাক্লে শীঙ্‌ অসি মানা ইতত্তুনা খায়বিবগী খায়বিবা ঙসিগীস্তু চন্না অমতগা খায়বিরম্মু হায়তু মঙায়রে।

—হোঃ চাওবা....!

—স্না ইবেম্ম! করি তাক্‌পিগদব....?

—য়েঙোয় চাওবা, ঐদি হায়মল্লদনা ইকপু ইকায়রেদা।

—তাক্‌পিয়ু কৈদৌবগে—।

—হোয়নে, ঙঙবু নত্রবদি ইচেম মনাওশিং অসি হোৎনবরু ঙক্লহত্তদো। নহানদৌন ঙসিস্তু শীঙ চন্না অমতা খায়বিরম্মুনে। মুমিৎকলি-আও য়োৎপ্রে নঙ বাবুগী থবক কাবা নংদবা তারে ইচেম্‌ চুপ্লোন্নুপলুরগে।

—ফগনী, স্নাইবেম্ম চাইথবিরুরো হোৎনজরমগে।

—নুংঙাইরেদা, ইকপ্‌া লাক্লমদ্রবদি ইচে····।

হোয়দা অস্থক্ চিল্লবা মতমসিদা ঈশ্বরনা ঐগী ইতেঙ পাংবিনবা হেক্ হেক্ হোৎনবিরক্ত্রবদি লেম্বী ঐদি মাঙজরেদনা। তস্, সিমঙাইদনা নুপী ঐনবু শীঙ্গায়বাক্ অস্থক্ চাওবসি খায়বা ঙম্ব হোৎনবরাও। হৌজিক্ চাওগা লাক্লবনিনা ঐগী করি ৱাৎলুরনি। চাওবদি আফিসতদা নত্তে ঐখোয় য়ুমগীস্থ ওইরিবা চপ্রাসিনী। জ্বার শাঃরিবসিস্থ মানা মরাইনা লোইশিঙ্গখ্রনী।

তাং ২৩।১০।৬৮ ইং

---

মরি

# নোং মংখি

—ডাক্তর! ডাক্তর !!

—অনক্পা ফার্ম্মাসি অসিদা হেক্ত পুশিল্লসি।

—নত্তে জেনেরেল হোসপিতালদা পুরসি। মহ্ রারোই, থীগ্থরবদি মওং চারক্তবস্থ রাই। অমনা পাউখুম পী, অমনা অমুক্ হায়; পূন্নং লাংনরি।

ঐখোয়স্থ লম্বী চৎলম্বদগী করিনো অমা তৌরমাল্লে খন্দুনা মফম অদোমদা চঙশিল্লুই। মফম্দু ঙশক্লী মতুংদ মীতনা চিৎন-চায়নবা ঙম্খিদরে। মখা দুকান্গী প.রংসি উষা সিনেমা হোল লৈঙৈদগী খরস্থ হেন্ন মী চিল্লে। নুপী অমা রাস্থরে! রাস্থরিবা নুপীদু অনক্পা ফার্ম্মাসি অমদা পুশিন্দুনা ঙহাক লায়কন্নরবা মতুংদ জ্ঞান্ তারক্লে।

লাংনরম্ব মী ময়ামদো রাস্থবদু ফরক্লবদুদা অমুক অমনা অমবু হন্ন য়েংনরমদনা মহৈ মহৈ টিকেট ফংহৌররোই হায়দুনা গুং গুং হোৎচিন্নখরে। অরাবা তারবী নুপী অঙগী মনাক্ত কনাস্থ লৈহৌদ্রে। মাগা লাক্মিন্নবী নুপী অদুস্থ টিকেট ফংহৌনবা হায়দুনা মীয়াম্ মরক্ত চঙখ্রে। টিকেট য়েনফম্ অদুদা লীচৈ পায়বা পুলিস কয়াস্থ লৈরি। টিকেট য়েনবা হেক্ হৌরকপদদি পুলিসশিং অদুনা মীয়াম্দু ঙাক্লাক্পা ঙমখিদ্রে। অমনা অমগী মথক্ত ইন্ন-কাওনদুনা টিকেট অদুতং ফং-হৌনবগীদমক্ শিনি-নানি হায়বা ফাওবা খঙনখিদ্রে। ঙাইহাক্লী মতুংদ লাংলম্ব মীয়াম অদু নেমথনখ্রে। টিকেট ফংহৌবা ফংহৌবীশিং অদুদি রারবস্থ রানা হুমাং তৈথোক্লগা মফম চানা চানা অমুক ফমথনখ্রে।

ফংহৌদ্রবশিং অদুদি মপুম থিৎন রারগা অরেম্বদ নামৎ শিৎ-লবত্নদা মমায় মমিৎ ঙাংলদুনা অমগা অমগা খৎনরক্লে। হান্ন লাকচবা ঐখোয়দি ফংহৌদ্রে, কোন্ন লাক্পী মমায় নান্বী মৌ মচাশিংশিদা লোইনা পিথোক্খ্রে। হায়দুনা অহল ওইরবী নুপী খরদি মথৌমক ওইনা শাউখ্রে। অঙাং কয়াস্থ মমিত্ত ঈরা চেনবা মাওরক্লে।

মুপী মচা চহী নিপাল্লোম্ শুরম্নগত্রা অমদি কম্ন-কপ্ন হায়রকৃই—“ঙরাংদগী চাদ্রিবনি, হৌজিক্ আটা ফংদ্রবদি য়ুমদা চঙখিবদা পাজীনা ঐবু ফুগনি।” মুপী মচা অদু মমাংদ লেপ্লিবী মমাগা মান্নবী মুপী অদুদা নুপীগী টিকেট অদু মঙোন্দা পীবিরো হায়দুনা নিরুরে।

ওন্থোকপনি! মী হায়বসে লৈরক্ত্রবা চারক্ত্রবা অদুদাদি আটা কিলো অমগী টিকেট অহ্ ফাওবা পিথোক্লকখিদ্রে; মচাগুম্নবা অদুবু নুংশিখিদ্রে। “কদায়দগী অঙাংনো থরায়মক থাদোমখৈ লৌজরিবা চেজেৎ অসিবু মঙোন্দ তর়ায় তরায় পিথোকও হায়রিসে।” তথি তথি চৈবিরক্লে।

মীকুপ অমতং মক্ষম অদুদা লেপ্লুবদা উরিবা য়েংহৈদ্রবা শক্তমশিং অহ উরু দগী ঐগী থমোয় খাঙদুনা লৈবা ঙম্নক্ত্রে। চাবা শেৎপগী-দমক্ত চাউথোকৃচরম্ব মৈতৈনি। হায়জবা নিজবদা ইকায় হঙ্গোয়নরম্ব মৈতৈনি। মায়কৈ খরদা ফুরা দলালনা ঙৌরক্লবসু! মীশক খন্ননা জীপ কার তোংনরবসু। উজরমদবা ইমিৎ অসিনা ঙসিদি পুন্সি লোইশিল্লক্লবী, তিংলম্ব উন্সা অদু খুইবনা চহী মশিং তাক্লবী পলেম্ কয়াবু মুংশাগী মৈশা মরক্ত থোইদোক্লসু বিজাতি কয়াগী মম্নাংদ আটা কিলো খরগীদমক্ খুঙ্গোয়নরিবসে উরেকো। য়াইফ-মুংঙাই কনানা, লৈবাক্কী অঙম্ব মখোয়সু শক্তমশিং অসি য়েংলম্নগনিকো! খন্থরুই। ঙসাইগী রান্থরুবা মুপী অদু হৌগৎপদি ঙম্লে। ঐনা হংলুই

—“ইমা করি লৈকাইদগীনো?”

“ওইনাম লৈকায়দগীনি ইবুংঙো।”

“ইমাগী য়ুমদা কনাসু লৈত্রবরা?

“লৈ, তমদুনবু করি কান্নবনোদা—।”

“করি থবক-কাদি তৌরি?”

“করি তৌরুনি! মানবু মরম ওক্পিরবদবু ইমানা করিগী অস্থক্ রারুগদগে; মক্ষম খঙবা মচা নত্তে।”

“ইমানা হায়রিসিবু....।”

"ইবুংঙো! পু-পাং শুনা য়ারক্তবগী হৌনবা মানা তৌনিংবতা তৌদুনা লৈরিবনে ইবুংঙো। নোংমনা মমান্নবা ময়াম অমা পুদুনা হেক্ হঞ্জিনলক্ই, অদুদগী নিনি-হুন্নি অমুক হল্লক্লে; কদায়দবু লৈরিবনো ইমা খঙদে।"

"অদুগা ইমাদি····?"

"আটা লৌবা লাক্পনি। ইমা ঙরাংদগী চরা চারক্তি।"

"মুপা মচা অদুদদি করিগুম্ব অমতা হায়দ্রবরা?" ঐনা অমুক্সু হংলম্মী, মুপী অদুনা অরোয়বা ওইনা মুঙশা শ্বর অমুক্তং শাংন হোল্লংনা খুম্মকখি— "ইমাদি মাগীদমক করিমতা য়াদ্রে, ঐগীদি শিবা মুমিত্ত শিরে; শিদ্রিমখৈ অসুম্ব খরা হিংব, হায়বদুনি।"

ঐহাক মখা অমুক তারুদ্রে, ফুরিৎখাউদগী লুপা অমখক্ লোথোক্লগা মুপী অদুদা পীরুই। ঐগী লুপা অদু মহাক লৌ হায়বা পাক য়ারমদে! তঙাইফদনা লৌহৌই। মফমদুদগী মায় লৈথোক্লক-পদা ঙসাইগী মুপী মচা অদুসু হৌজিক্ ফাওবা কপতুনা লৈরম্মী। ঐহাক্ পেন্দ্রদুনা হোলসেল কো ওপরেটিভকী মেনেজরদা হায়জরুই, মুপীমচা অসিগী টিকেট অমতদি ফংহনবিয়ু! মেনেজরনা ঐখোয়বু ফজরবা য়াহৈনা তাকপিরকই— "বাবু! ঐনা থোইনা পীজনীংই। অদুবু অতৈ ফংহৌদবা ময়াম অসিগী মমাংদ অদুম্ব তৌরুরবদি ঐখোয় শিব চঙবগী য়াফমনি। অদুনা চানবিদুনা য়াফম অদুমতংদি ন্যায়ম্বনা ঙমজদবা তারে।"

ঐখোয় নীংব কায়রদুনা মফম অদুদগী থোক্লক্লগা মুপীমচা অদুদা ঐনা হায়রম্মী—"ইবেম্মা নহাক্কী শেল খরদুনা ওক্তবদি সে লুপা অসিমা হপ্লগা ঢুকান্দগী নঙনা লৌগদবা আটারা করিনো খরা লৌরগা নয়ুমদা হনগ্রো। ঙসিগীদি টিকেট য়েল্লরোই।"

মুপী মচা অদু ঐগী খুত্তগী লুপা অদু তনলৌ লৌরগা য়া-লান করিমতা ঙাংলমদনা চৎখ্রে। ঐনা খুৎ থিন্দুনা মাগী পোৎ লৌবা

য়াগদবা দুকান অমা তাকখি। থংনবা মীকুপ্তা ঐখোয় মফম অদু থাদোক্তুনা উষা হোল লোমদা হাইখ্রকই।

হোল মপা য়োৗরকপদা মীতনা লম্বী চৎপ য়াদরে। হোল মনুং অমসুং মপান মীনা পিক থনখ্রে। ঐগা লোইনরিবা মরুপ বীরেন্না হায়রকই— "রাম শ্যাম ফিল্ম হৌরে য়েংখ্রসি।" মহাক ঐগী পাউখুম অমুক ঙাইরমদনা সিনেমা হোলগী মাঙ্গোল অদোমদ, চঙ-শিনখ্রে। ঐসু য়াম্না হৈনিংদনা মাগী মতুং ইনবা তারম্মী। উরে, বুকিং ওফিস মথক্ত অঙাংব মচূগী ময়েক্ন থারিবা "হাউস ফুল"।

টিকেৎ য়োনফমদা টিকেৎ লৈত্রবসু টিকেৎতি ব্রাৎপ লৈতে। ঐখোয়গী মাংদ নুপা মচা থরনা অহেনবা মমন্দা টিকেৎ য়োল্লি। ঐগী মরুপ অদু সিনেমাদা থব্রাই লুপচবা মীনি। মহাক চিংনবা লৈতনা ব্লেক্কী টিকেৎ অদু বেলকোনীগীদমক অনিথক ল্লোরক্লে। ঐনা হংই— "কয়া পীরম্মী"।

"লুপা মঙা" মহাক্ন খুম্মকই।

খুদক অদুমক্তদা টিকেৎ য়োল্লিবা নুপা মচা অদুগী মমাল্লবা অমা চঙলক্লগা হায়রৈ— "তোম্বা! নখোয়গী ইমাদু চিনি য়েনফমদা ব্রাম্ন্দুনা লাক্লবদগী করি থোইদোকপদ্দি তৌহৌদ্রে, রিক্সা ঙাইদুনা লৈহৌরি।"

টিকেট য়োনবা নুপা অদুনা ব্রা ঙাঙদনা পাউ তম্নরিবা নুপা মচা অদুদা কিন্ন অমুক্তং থক থিনখি! অদুগা হায়রকই— "ইজ্জৎ মাঙবা ব্রাদু করিগী ঐঙোন্দ তম্নরি।"

পাউ পুরকপা নুপা মচাদু কিন অমা চারবদুদা ব্রা অমতা খুম-খিদরে। ঙহাক লৈরগা টিকেট য়োনবা নুপা অদুন। মহাক্কী টিকেটশিং অদু পাউ পুরকপা নুপা মচাদুদা য়োল্লম্মু হায়বগী মওদ শিন্নরম্লগা চৎখ্রে! মহাক দেবানন্দনা জুয়েলথিফ ফিল্মদা উপ্প টুপী অরাংব'দুম্বা অমা উপ্পি। ফুরিৎ অদু মোজা ফুরিত্ত ঙকশম পানবা জাৎতুনি।

কোংলোদা য়ানবা খোংগ্রাও অদু খুমনবদগী ওইবা তাই, মতোন্দ খরা য়াৎখায়। মহাক সোরোক য়োংখিবগা রা ঙাংদে, মমাংদ চৎলম্ব রিক্সা অমদা হেক্তু কাখৎখি। মানা খুদোম্বী থিনবা মায়কৈদা রিক্সা থোবদুসু হেক্তু মথৌখি। রিক্সা তোংখিবগা মহাক্ মনিং পোকেত্তগী চুরুট মচৈ অমখক লৌথোক্লগা তনচম চম্খৎতুনা ঐখোয়গী মিয়েং মপাদগী হেন্দোকখি। থংনবা মীকুপ্ত মমা অশোনবীদু রিক্সাদা পুরকখি। সিনেমা হোল মপা য়োরকপদা মহাক হোললোমদা অত্তক্তং য়েংশিল্লম্মী। হন্দক ঐখোয়না উবদদি মহাক্কী নাতোন শুমাংগী মকোই অদু খরদং শাংব হেনগৎপ্রা নীংই। ঙসাইগী অহল অদুগী মচা নুপা হায়বদু অসি ওইরমাল্লে।

অহানবগী সিনেমা লোইরক্লদুনা ঐখোয় অমুক য়েংননবা হোল মমুঙদা চঙশিল্লে লুপা ২.৫০ পীবা টিকেৎ অদু থোংজিন্দ লেপ্লম্ব নুপা অদুনা শেংখ্রে।

---

মণ্ডা

# ঝুলন পূর্নিমা-দা

ইস! কয়া য়ামগ্রবা মীনো। অশুক্ য়াম্ন চৎলমগনি—ৈলরমগনি হায়বদি শুংথাবু থাজরুদে! অতবু করিগী মীয়াম্নো ওন্থোক্ন য়ামগ্রে।

অপাবা, অঙৌবা ইন্নফি, ময়াংলংগী পুমঙৌফনের্ক উরৈরোম হায়ফেৎ শংলবা। শাবানগা মুর্ত্তিগা য়েংবদা চঙখোল্লবীশিং। মাইথোঙদা চন্দোন্—শিন্দুরনা অমুক্কসু ঈথক্ হোইহল্লিবা! ঐবু মখোয়গী মরক্ত য়াওহৌরসিরা? ইনস্মনা চৈরবদি, অদু মঙায়রে ঐখোয়তা ইচম চম্ন চৎচরগে। অঙকপনি, ঝুলন লোইবা পূর্নিমা নুমিৎকি গোবিন্দ খুরুম্ব লাক্লিবা যাত্রিক্শিং।

মীতনা নোংলিমুক্ কুঙলবা কোনুংগী স্নথোংনি। কনানা মপাং চিথহৌবা ঙাইনরি। কনাগী অঙাং লৈহৌবা কৌনরি। কনা অমনা ঙাইবিরমদে হায়বগী শাওনরি। মরক্ অদুদা ঐখোয়সু উচিন নাচিন্ন গোবিন্দজিগী লাইমাঙদি য়ৌরে। লাইবকসু করম্ন ফত্তে হায়গনি, য়ান আর্তী কৎপ মতমদা থোকলুবনা লাইফম্ খুদিং খুরুমজবা ফংলে। কোনুংগী ঝুলন হায়বসিদি মতা অমনি, খুল্লকিতুগ মান্নদে। ফিজং খন্দে, শিন থাদদে-অয়েকপ লাইকা অমফাওবা উপোৎ নত্তে। চুন্নগী ঈশিং পেরে কাপ্লগা লৈ-শুতনা শেম-শারবা দল অদুদা রাধা গোবিন্দ লেংশিল্লগা লোইরে। মসিবু শিংথাদুনা লোইবনাইদ্রবা কৃষ্ণ লিলাদা ঝুলনগী ফজবা মন্নুংফাওনা খঙলুদ্রবসু মিৎন মপানগী ওইবা খরা মখৈদি উজবা ফংলি।

লাইগী নির্মল্ল খরদং ফংননবা হোংনবদা শাদৌথোংবমখৈ য়ানরিপোৎনি। থরো থারিকৃথা, থম্না থম্বাল থমচেৎ; গোবিন্দগী নাক্তবু য়ৌগ্রবদি হান্নদগী মগুন হেনগৎপোই নীংঙী। নির্মল্ল তান্নরিঙৈদা মেমচা, শুমোনবু হায়রক্লমদ্রবদি নুমিৎ তাখিবনা হানখিদুনা

হনুমান মহাবলিবু খুরুম্নমলোইদৌই। চেন্ন চেন্ন চৎপদা ঐখোয়গী ইনম্ম পাঙ্গল শোনবী অমা ইন্নজরকপওদি, মচানুপা চাওঃপাক্ অদুগা কোম্নুংগী লম্বী চিদায়দলৈবা হাবুংনবু ফাহৌরব্রা নীংলুরে। মেমচাখোয়দি ইনখৎলকৃপগী মশা খিংবনা য়ৌনিংবগা থুংবগা মান্নরিপোৎনি। ঐদি চহীনা খজিক্ লুমখিবনা কন্ন চৎশি চৎঙম্‌দা, ইনম্ম ঙাইনা চৎপদা মৃফেদা হায়ত্থনা লৈরে। মাংগী কাংবুনা শাওরিবনা "ননম্ম ঙাইরিঙৈদা পূম্নমক্ পুমশোয় শোয়রনি" অসিনি। মখোয়গী "পূম্নমক্" হায়বা রাতাশি অর্থ লৈবনি খল্লিঙৈদা তুংদগী ইনম্ম-না "অঙাংসি ঙহাক্তস্থ শম্বীয়ু কদৌবগে ইথন্ত হুন্দোক্লম্নগে হায়রিব্রা?" অসিনি হায়রক্লিবা। মরক অসিদা ইথন্তগী রাখলবু খনজগদ্রা কনাগী রাবু ইনগদবনো য়াম্নমক নীংব কায়না লেপ্প তাখি। ঐনা লেপ্লবা অদুদদি মেমচাখোয়স্থ লেপলে, ইনম্মস্থ য়ৌশিল্লক্লে। অঙাংদু মেমচাগা শুমোগনা মখুৎ নাম্ম নাম্ম পায়রগা চিংবোই থাংবোই য়ৌখরে। ইনম্মখোয়শিস্থ লাইবা লাকৃপদি য়াপোৎ নত্তে। মচা য়াওদ্রবদুদদি মফি মরোল শেম শারদুনা ঙরাংশী লৈশাবী চহী ১৭ কিদু মঙাইখরে; কেখৎলকখ্রিবা। ঐদুম ইকায়জরে মহাক্রী তুংইনদৌবা। মহাক্তি ঐঙোন্দগী খোংকাপ রাইখৎখিদুনা মেমচাখোয়গা অমতা ওইখ্রে। মতাং অসিদা নীংশিংলকই মহাবলি উমংদ য়োং য়াম্ন লৈ হায়বদু অদুবু অসিগুম্ব অহাংব তাঙ্গা অসিদদি য়োংনাও পাখঙ অমতফাওবা ইত্তেং পাংবিনবা মশক উখিদ্রে। করম্‌দিত্তৌনি ইরাইবক্ষী থোক্লরবনি খন্দুনা রানা রান্না চৎপদগী মহাবলি য়ৌরে।

মহাবলি, মহাবলি! হনুমান্ ঠাকুর মহাবলি! মসিদনা অমুক হেন্ন মী কুংলম্মী। অপিকৃপা মফম্, অপিকপা লাইশঙ; অথুবা খোঙ। মরক্ অদুদা চঙদুনা হনুমানগী দর্শন তৌগদবদু অকিবদুম্ পোক্লে। খন্ন খন্ন য়েংন য়েংন চংশিল্লিবা খোঙথাংগী মতুং ইন্ন মাঙ্গব মচিন য়ৌরে। চৎন চৎন য়েংন য়েংন মহাবলি মগুিরবু তরেৎলক্

হন্ন কোয়রে। থোঙজিন্দ লেপ্লগা মন্নুং মপান তুনা শুপ্ন অমুক্তং খুরুমজববু ফিভম্ ফজবসি মীনা উথোকখ্রদ্রা, ইকায়জত্নুনা তুং-মাং কোয়না য়েংজরিপোৎনি। মেমচাখোয়দি মচিনগা মখুৎক, বামোন শিন্দূর নম্বত্নু মহাক্কী মবুং পোকমিন্নবত্নু মঙায়। ঙাংবনে-শকপনে লৈশু-চেং-থোইদিং অমতা চিঙ্খদনা ফংহৌই। অদুবু ঐদি ইচিন লুমজবগী ইপাপ্ন খুৎথাং নিবা নত্তনা করিস্ন ফংব ঙমখিদে।

লাইখুরুম্ব লোইরদুনা য়ুমলোম্দা হন্নবা থোক্লরক্লে। মহৈ মহৈ খঙনবা, তিন্নবা, চান্নজবী কয়া থেংনবা উনবদো থরায় পেন্ন কৌনজৈ। কনাগী বীলাসিনী, বীনাসখি, প্রমোদিনী, কুঞ্জরানী অত্নুগা অচৌকো নগী বীনোদিনী মখোয় অমতা চিঙ্খরমদে। ঐনবু খল্লুই— লাইনীংবশি ঐখোয়দরা হায়ববু মখোয়স্ন নীংলমলিপোৎনি। থমোয় শেংব শেংদবদি ঈশ্বরতনা খঙলমগনি। চন্দোন পাক্ন থিনবগী হায়রুরবদি পঙ্কোৎনবু হেল্লমগদ্রা? মদুস্ন খঙদে। ঐখোয় তপ্ন তপ্ন লাক্পনা থুম্নুথোং য়োৌরমদাইগী লমলোং অহুম ফাংব অদগ্নাই য়োৌরে। কনা-গুম্বী লৈশাবীশিংদি পুক্লিং মুংঙাইনা, নীংজবা পুম্ব থুংলবগী খোম্থোক্ত মরৌ লৈনা নোক খেবা উরি। কনাগুম্বী খরনা ইকাই ইকি খঙদনা নংহৌররোই মতাগুম মপুক্লিংগী অরোনবা রাফম কয়াবু কনাগুম্বগী মফমদা ফোংদোক্লি। মুপাশিং অদুস্ন ঐনা মহেল্লে মতাগুম মহাক্কী চান্নবীশিংগী মমাংদ হায়না হুম্ন চৎলি। কনাগী নাপ্ন নক্ন মুংশি চিরোল তৌরুরি। অসিরা ইনখৎলকপা হায়বদো? অসিরা পাখঙ লৈশাবীগী পুন্সি? উরুবা য়েংলুবা কয়া, খন্নুরুবা রাখলদুগা থেঙ্গাই-নখিত্নুনা চুবা অসি কিস্নুখিগদৌমুক চিকখ্রে।

মেমচাগী হায়বত্নু ওইরম্লে, খোঙ্গ্রাও তপ নপ্ন অমা শেৎ, ফুরিৎ মকক্ অমা থুংদ নমদবগুম্ লিৎলত্নুনা ঐখোয়না চৎলিবদুগী মাংদ; ঙাশাংন মোংবগুম্ মোংলরিবা অদু। মখোয় করি করিনো খরা ঙাংনবা মরোল শেংফাত্তনা তাবগুম তৌই! সুমোত্নুস্ন মেমচাগী

ৱাহৈ অহাংবদা হেক হেক মেনশিনবা য়াওবিরি। মখোয়গী মতৌ উধদা কনা লৈজদবা ঐস্নু করিগুম্ব লৈরম্ব থোক্লবদি মখোয়গী অস্নুম তৌনা মীমাং পোমাং নাইদনা পঙাঙ ঙাঙনবসি তৌরম্লোই হায়না খল্লী। অদুবু মখোয়গী অসি-অদা পূম্নমক্ ওইজরবস্নু নুংশিবা হায়বসিবু মশক ফজবা, ইনাক্ খুনবা, অমদি লারিক হৈবশিংগীদমক্তরা? কুচু মুবা, মশক্ থিবা লাইরবা অমস্নুং লাইরিক লাইশু হৈহৌদ্রবশিং অদুগীদি নুংশিবা লৈহৈদ্রবরা? অয়াম্ব ৱারী লাইরিক ইবদস্নু মহাক্কী পাত্র পাত্রী অদুতনা পূম্নমক্তগী থোইদোক্ হেন্দোক্ল ফজে হায়-নতা মথাগৎলি। স্কুল কলেজ ১দি অতোপ্প মেগাজিন আর্টিকল কয়া পারুরবস্নু মহাক্ মহাক্কী ৱারীদুদা য়াওহল্লিবীশিংদুতনা মফ-জৈ মইবসিস্নু ঐদি ঙক্লি! মৱাইবক্থিদুনা কুচু মুরকপবু মহাক্কী মর'ল্লা? লোল থোক্তবা নাম্ম শোয়বা মীশিংগীদমক্তদি সংসার অসিদা লৈহৈদ্রবরা হায়না হংনিংলকই। অথোই অহেস্তদা তাওনরিবা মীওইবগী পুন্সিনা অচুম্ব লম্বীদদি মতম খুদিংদ লোৎশিন্দুনতা থয়গা ম্নিনম্ব ৱাহৈ ১দি লমচত্ত হৈনরি। মশাগী অশোই অর'ন কয়াবু ঈশ্বরদা তাইশিন্দুনা সমাজদা নমথাক্ তৌবা হোৎনরী। পূম্নমক্ অসি খল্লুরগা পুন্সিসিমক্ অঙক্প'নি হায়নীংই। অদুবু ঐনা খল্লুরিবা পূম্নমক্ ঝুলন পূর্নিমাদা গোবিন্দ খুরুম্ব চৎলুবদগী ওইর'ক্লিবনি। য়ুম য়ৌরমদাইদা কনাগুম্ব খরস্নু তুংদ লাক্পা উই।

---

তরুক্

# অনিগুব পুন্সি

অহিং নোংশোইবা রাখল কয়াদা লুপখিবনা ঐহাক্ তুম্ব হিপ্প য়াখিদে।

নোংঙান্‌বগা হায়দোক্‌প চৎপ, করি করম্ ঙাংনগদবা হায়বসিদা অয়াম্ব মীশিংদি ইরাং লাংলী। ঐহাক্‌সু চহীনগা লম্‌য়ৌশিল্লবা মৃতম্ অসিদা তৌথোক্ ওইথোক্তবা থবক অসিদগী পুক্লিং ইরাং লাংই। মরুপ্ মপাং কয়াস্থ ঐবু উনবা লাক্‌ই, কনা অমনস্থ হরাউ মুংঙাইবা রারী রাতায় শারক্‌ই। মখোয় অয়াম্বগী রাহংদু মমৈ তারক্‌পদদি খুদিংমক্ চপ্ মান্নবা রাহৈ অমদা হেক্ত তারক্‌ই। মদুগী পাওখুম্ 'তুনি ঐনা পিব' রারিবা। মরমদি হৌখিবা অহিংতুনি ময়াম্ন আশা তৌরিবা, অদুগী ওন্নতৈনবদা মহাক্ক ঐহাক্ক উনবদি লাইরবুনা মশক্ উগে ফংখিদ্রে। মতাং অসিরাইদনী মীওইবনা অচুম্ব ফনা ঙাংতুনস্থ খাজবা ঙন্নদ্রিবা, ঐনা অচুম্ব পাওখুম পীরুরিবা অদুগী মতিক্ ময়াম্ন ঐবু নত্তবা রাখল অমদা পুবা হেনগৎলক্লি। অহাংব মুংশিত্ত ঐগী হকচাংশি ইতাও তাওদুনা লৈবগুম্ তৌই।

মুংথিল পুং অমগী অতুরাইদদি পাও হায়দোকপা চৎলুবা কাং-বুদগী খঙবা ঙন্নরে—লুহোংব তারে। নোংম নিনিগী মমুঙদা লুহোংনবা কোয়লাং লাংই। অনৌবী ওইগদৌরিবদুনা ফীরুক্ ফীরাং ইখুম্ খুম্লদুনা ঐখোয়গী ইমুঙদা অরায়বা থবক থরা নোম্বগী কাতু কারন চৎপদু হায়ফেৎ উরুবদা ঐগী রাখল ইলাঙ লাংই। কুইনা মঙলুরবা মঙ অমা মঙফাওনবগুম্ তৌই! লাংবগী লাংব ঐগী রাখল-থমোয়স্থ পুমলাং লাংলি! মরুপ মপাংশিংগী বার্ত্তন, গাড়ীনা কয়া, মীনা কয়া লোইশিনবা য়াবা রাফম অমতা ওইদে। পূম্নমক্ ঈথক্ত তাওবগুম তৌই। লুহোংব মুমিৎ ফাওবগী মরক্টী অহিং অহু তুম্বতদি ময়াখিদ্রে।

ব্লাখল কয়াদা লুপখিবগা থবক ইনখাং লুপা পৈশাগী অৱাৎ-অপা লাংবগদা তুম্নীংবগী লাইনা পূন্নমক লাগ্ন চেনখ্রমাল্লে। হায়না হায়না ঙাংন য়েংন লুহোংবগী বর যাত্রা পুংকম ওইরব্লকুনা ঐহাক ফীভৌ ভাক্তুগী ফীজোল হোংলে। চন্দল চরা নীংথিনা থল্লবা ঐগী মায় অসিগী মথক্ত কোক্ত কোক্নুয়েৎ হাপকৎলে। মথঙ মথঙ বজায় খোঙবনস্থ কম কম খোঙখৎখ্রে, অনৌবা কার্ত্তন ফংননবা মীমাংদ খৌশাবা হৌখ্রে। গাড়ী য়াম্মী য়ামদে মীগী মচিন মেল্লুবা ঙম্ব নত্তে, মহৈ মহৈ পঙাং ঙাংনবা ঐগী নাকোংদ শেংলম শেংফাত্তনা য়োৱকই। হায়নখিবা গাড়ী মশিং শুই হায় শুদে হায় মতম্ ওইশিল্লরুদুনা অদুম লুহোংফমদা চৎপ হৌৱে।

লম্বীদা থেংনবা মীশিংন ঐবু য়েংবদা কনা অমনা মমায় খুইরে হায়বা য়াওই। কনানা হন্মুরে হায়রকই। কনানা লেম্মী ফজে হায়রকপশিংদুদি পাম্নদুম মতপ অমতা ওইরবস্থ লান্নীংলুই, অদুবু লেংব য়াদবা মতাং থোক্খিবনা থমোয়দা খঙ্গরগা অদুম্ তোকুই।

লুহোংফম য়োৱদুনা বরগী কাংবুনা বর ফমফম্দা অতৈশিংস্থ ফম্ব য়াবা মফম্দা অয়াম্ব ফম্নবদু ঐ নাক হায়ফেৎ য়েংবদা উবা ফংভী। মীনা হায়নবা লুহোংবদো ঐগীস্থ করম্ব নুমিত্ত থোক্লগবা হায়দুনা ঈশ্বরদা ইশিং কৎলকপদু ঙসিসি শোইরোইদোরে। কমদোনা ঐগী মায় মতাশিনা মাশুব ময়াইদা চঙদুনা লুহোংফাল ফম্ব ঙমগদোরিবনো হায়বসি ঐহাক্ চহী কয়াগী মমাংদগী চিংনরব্লবনি অদুবু ঙসিদি অঙাংগী লাইধী লুহোংবদা মখোয়না ওইহন্নীংব মওংদ শেম্বগুম্ন ঐস্থ মীয়াম্গী লাইধী অমা ওইখি। উচিন নাগিন্ন হোংবমক্তি লোইৱে। কাংশুবী লান্নবগী মতাং অদুদদি ঐস্থ রা অমা অনিদং ঙাংলসিরা থল্লকই। অদুবু লৈশাবীশিংদুগী রাহৈদা মতিক চন্যা পাওখুম পিবা ঙম্ব ঐগী মরুপ রাৎলমদে।

লুহোংফমপী থবক পূন্নমক্ লোইরবুনা য়ুমলোমদা হল্লক্লে। ঐখোয়গী য়ুম লোমদসু মীনা পিক্ থন্ন লাংলম্মী। ফিরোল হোং-দোক্লগা ঐসু মরুপ্ মপাং ময়াম্ন চা-মুং থক্লিবদু য়াওরুই। লোইরবদা ময়াম্ থিন্দোক্পোইনা চৎথোক্লুরে। মুমিদাং পুং ১১॥ রোম তাংগ্রে ঐনা য়ুমদা হঞ্জিল্লকপদা কাংবু খরদি মতম্ অসিফাওবা ঐখোয়গী শুমাংদগী হৌগৎত্রি। চেনা ৫২গী মরা চেৎপ ফমফম্ অমা মখোয়না য়ানরী। পুং ১ তাবদা ঐহাক্ চাবা থক্পা লোইরবুনা ঐগী অনৌবা কাদা চঙলুই। ইস! অঙকৃপনী লুহোংবগী অহিং, মৈঙাম্ন পুমলং লংলবা কা অসিদা অঙৌবা কাঙখন, অঙৌবা মোন্দুম্ মোন্তেক্ অনৌবগী অনৌবা ঙক্তনা কা অসিদা লৈতেংলম্মী। উরুবদা ঐগী রাখল ঈপোম অসি ঈথক চাওনা চাওনা হৌরকুই। মমাংগী মুমিৎ কয়াদগী তুম্নকৃত্রবনিনা ঐহাক্ ঙসিদি য়াম্ন তুম্নীংলক্লে। ঐহাক্ হোংদোক্লদবা ফিরোল খরা হোংদোক্লগা হিপ্নবা থৌরাং তৌরম্মী। অহুফাওবা শুমাংদ মী কাংবু খরগী লাংবদি লেপ্লে।

ঐহাক হিপথরে। ইমুঙ মনুংগী মী পূন্নমক হিপ্নখরে। অদুবু অনৌবী অদুদি শুকচঙ চঙলক্লে। ঐহাক তুম্নীংবনসু খাংব ঙম-শিল্লক্লে! অদুবু মহাক্তদি চঙলক্লগা তুম্নবসু তুমদ্রবসু ইমিৎ অসিনা অমুক্তদি পেন্ন য়েংজখিগে খনবনি চঙলকপা কৌবা মরৈখিদ্রে। মিৎ উইরুম্ উইরুম্ তৌরক্লবা মতাং অহুদা মহাক য়াম্ন তপ্ন ফমুঙগী কা অহুদা চঙলকুই। অদুবু মহাক্তি খুয়া ওইরপ্ন অদুম লেপতুনা লৈগ্রে। তুম্নবদি হোৎনদ্রে। ঐনা খাঙবা ঙমদ্রদুনা তপ্ন হৌগৎলগা মখুৎ পাইদুনা চিংশিনগে হোনরুবদা হায়রকই— "ঐহাক শোক্লবা য়াদ্রে।" নীংব কায়বগা লোয়ননা অঙৌবা মোনপাকথক্ত ইথন্ত লোংন হায়থখি।

---

# তরেৎ

# নীংখায়রকপদা

মুর্ত্তি অসিনা চিংখায়দুনা লৈক্রক্ চৎলকপসি কনানস্থু তেংথাদবা ঙম্মোই। মুর্ত্তিসিনা শক্তম লেপতুনা ফিরেপ তাখিবা মতম অদুদা খেন্নবা মিৎয়েং কয়াদগী নৈনবা খোস্থাং অদুগা থাগৎ ৱাহৈ কয়াগী খোঞ্জেলনা সহর অসি নিলহনখিবনি। অমুক্কস্থু হেন্ন শিংথাবা য়ারম্-গদবদি করিগুম্ব মুর্ত্তি অসি অপিকপা সহরসিদা লৈরমদদুনা পৃথিবীগী শিংথানরিবা অচৌবা সহরশিং অমদা লৈজরল্লবদি থোইদোক্ হেদোকপা মতিক মগুন্ অদু পৃথিবীগী মীপুম্ খুদিংন খঙনরমগদবনি।

মূর্ত্তি অসিবু য়েংশিন্নবগীদমক্ত মফম অসিগী মীপুম খুদিংন কয়ারক্ হায়জগ্রে, ইজগ্রে—লাওজগ্রে। কনানস্থু মসিগী মরিদা থৌনফনা চোংথোক্লক্তে। মতম অমদা মূর্ত্তিসিগীদমক মপূন্সি চুপ্প নীংবকায়দুনা চৎগ্রবা, অৱাফমদা লেনগ্রবা; মখোয়শিংদু হিংলম্লবা নত্রগস্থু মখোয়দুগী মরোই মনাও খরদং সহরসিগী মচি-ময়াদা লৈরল্লবদি, ঙসি মূর্ত্তিসিগী নীংবকায়রবা শকফম অসি থোক্লমদবা য়াই।

ইতিহাসনা তাক্লরবা, মালেমসিদগী মুৎখিগদৌরবা; অসিগুম্ব মূর্ত্তি অমা লৈরম্মী হায়বফাও নীংশিংনরক্লরোইদবা মতম অসিফাওবদা কনানস্থু চেক-মোক্ লাওদনা লৈথোক্লি। অদুগা করি করিগুম্ব মতাং মতাংদদি অয়ুক্কী নোংহৌগুম্ নত্রগা হামেং ৱাইনবগুম্ব কয়াবুদি য়াম্ন থৱায় লুপশিন্ন য়েংনরি।

কনাগুম্বনদি মহাক্কী য়েম্বাপাবা অঙাংব অদুনা অমুক্তং মঙক্ হায়গৎতুনা খোংলবা নত্রগা য়েম্বাদুমক্কী তৌঙম্বদু উরগা মূর্ত্তিসিবু লেংহন্দবা ঙমগনি হায়না চোংথোরকপা য়াওই। অদুবু মদুগী অর্থ খঙদবা মুপী অঙাংনদি কৈথেল লেপ্লগা দুকান থোঙ লোন্দুনা য়েংলবস্থু মখোয়না নোংম কৈথেল লেপখিবদুগী মাংজবদুক্ অচৌবা জামিন্দার-

শিংগীদি ময়েং তাহনবা ঙমদে হায়বা খঙজদ্রি। মতুদি লাইরবুনা য়েন্বাগী মপূ অঙুনফাও খঙজদে। মসিমদি অচুম্বনি, মতুদি কুম্মৈ লৈতবা মফমদদি ষন রাইনবদসু অচৌবা কুম্মৈ ওইনা লৌই; শেন-ফাওবা থানৈ। অঙৌবীগা অঙাংবীগা রাইনবদু অঙৌবীনা লাকচরক্পদা নাকোইননা অমুবী অমদি মো-মা পংখোঙ খোঙড়ুনা চেল্লি। অঙুগা মরাং-তুরাংব, মরিকপিখোয়দি গোবর্দ্ধন পূজাদা চাক্লুক য়াবতনি কাল্লিবা। অসিগুম্ব কুম্মৈশিংসিদগী ঐখোয়গী সহরসিদা লৈরিবা মীশিংন মূর্ত্তি অসিমদি হেক হেক নীংশিংনরক্ই। মসিগী মন্নুংগী অর্থ অমদি লৈবা তায়। ঐখোয়না খঙবফাওবদি মূর্ত্তি অসিগী পূকৈ চোন্ন-লৈ অদুনা মঙোন্দগী মচাক মরল ফংবতায়। মতুনা কদায়ফাওবা মহৈ য়াল্লরিদগে হায়ড়ুদি কনানসু খঙবা ঙমদে—, মঙনি।

মী খরগী থাজনবা অমদি লৈ। মখোয়না হায়—থরান হায়বা থা অসি অয়াম্ব মীনা য়াম্ন রানৈ। অসিগুম্ব অরাবা মতম অসিদা পৃথিবী অসি খাংঙম্দ্রবুনা সহরসিমক্তদা অকন্ব য়ুহারহায়। য়ুহাহাবা অমদগী শাথিনা হায় হুমদুনা মূর্ত্তি অসি চিংখায়রক্পনি। মমৈদা কনাগুম্বনসু হায়রক্কনি—সহরসিদা অঙক্পা থৌদোক্ থোক্লকপসি ঙসি ঙরাংতগী নত্তে, লাইগা মীগা শম্নরিঙৈদগীনি; লাইগী লৈপাক্লি। মখোয়না হায়নীংব হায়জরবসু ঐখোয়গীদি মূর্ত্তি অসিবু হান্নগী মতৌ-গুম্ন নীংথিনা লৈহনবীবা অসিতনি পামজরিবা।

রাফমসিগা মরি লৈননা হন্দক্ সহরসিগী মীয়াম মরক্তগী মূর্ত্তিসিবু মুংশিবা মশিং ফনয়াম্ন চোংথোক্লক্তুনা কায়রিবা মফম পূম্নমক্ নীংথিনা শেমজনগনি হায়ড়ুনা রাশক রারেপ্নত্রে তারে! মখোয়ড়ুনা কদায়ফাওবা থবক ওইনা চথবা ঙমগদৌরিবা, য়েংলবদি উগনি!

সহরসিবু ঙাকশেল্লিবা, মীয়ামগী লাইবক লেপ্লিরিবা কোল কার-খানা, বিজলী অমসুং ঈশিং মুংশিৎ পূম্নমক্ চপ মান্ননা মূর্ত্তি অসিবু শৌগৎলবা, য়েংশিনবিরবদি। মিকুপ অদুদা কুপ্লক্পা নোংথাং অদুনা

জগৎশিনথুংন ঙালহনগনি, মূর্ত্তিসিবু মশেক্ মঙালগা লোয়ননা নীংথি-জহন্‌গনি। মতুদি নত্তনা চয়েৎনবগী ইশৌলাংবনদি থবকলোমদা মহৈ য়ানবা ওইররোই। থাগী লৈমায়দা চৎলুরবা মতম অসিদা হায়েং ষন রাইনববু নত্রগা য়েন্বা—খুনু কাওনববু অফবা অরেম্ব শিংথানবসি সহররসিদা তোক্‌পনা চূমলে।

অসি হায়দুনা কিন্থররক্লবা মূর্ত্তি অদু য়েংলগা মূর্ত্তি নুংশিজবা নুপাদুনা চোইরোল কয়ামুক্ লোনখি। অদুবু মহাক্ন পামজবা মূর্ত্তিদি কৃরি ওইব্রিগদবা মহাক খঙখিদ্রে। মহাকপু রায়েনশঙগী মীশিংন কৈশুমশঙদা থম্মনবা ফাজ্জিনখ্রে। নুপাদুগী তেংথা-নাওইবা খোঞ্জেল-শিংতু রায়েনশঙগী মীশিংন তাহৌমাল্লে। মহাকপু রায়েনশঙ তাম্ন পুরকপদা লম্বীদা মাগী চান্নবা মরুপ অমনা উরদুনা হংই—"কৈদোরে তৌরিবদো ?"

—"তেংথাবা ফাওবা নীংতম্ন তেংথাজবা য়াদ্রে।"

মহাক্ন য়াম্ন থমোয়শোক্ন খুম্নক্‌ই। মথাদি অমুক তারকখিদ্রে।

---

## নিপান

# তাবিরিব্রা ?

"মণিপুরদা ষ্টেটহুড,—পিগদবনী।" লাউরি কাংজৈবুংগী মচিদা পাউনা বাজারগী লম্বীদা অতুগা থাঙ্গাল বাজাররোমদগী হায়থরকপা মী কাংবু কাংবু খরস্থ।

কক্‌চিংলোমদগী হায়গংলকপা মীয়াম তোংব গাড়ী মনুঙদগী —"মণিপুরগী দাবী ষ্টেটহুড, মনিপুরদা ষ্টেটহুড পিগদবনী।" রাহৈ খরগী খোঞ্জেল অসি অচেনব গাড়ীগা ইরোয়ননা চৎখ্রি। মোইরাং, শেকমাই, লমশাং, নম্বোল অতুদগী শগোল্‌মাং পুখাউ, লমলাই উখ্রুল-লোমদগী লাক্‌পা গাড়ীশিংদস্থ মচু মচুগী ফিরাল থেৎলি। তোংলিবা মীপুম খুদিংমকস্থ মথক্কী খোল্লাও অসি লাওরকই। গাড়ীশিং অদু কাংজৈবুং ময়াদা পরেং নাইনা থারী, লোয়ননা তোংলকপা মীয়াম-শিংন্ত্র গাড়ীদগী কুমথনরক্লি।

থৌওং অদু তুমিন্ন লেপ্পুনা য়েংলিঙৈদ "পূক্রপ পূক্রপ" ইনাক্ত মুঙতুম্ কয়ামুক য়োরকই। "ইমায়পেম্ম, শিরুরনী! ওঃ শিরে শিরে! পাল্লরনি লেপ্লিবা মুপাসে।" "চেনখ্রে, সোমদা চেনখ্রে।" রাহৈ খুদিংমক্ মিকুপ অমগী মমুংদ মথং মথং শমদুনা নাকোংদ য়োরকই। লোইননা ঙাংশং ঙাংবা ঈতনা মকোক্-মমায় মফম খঙদবখৈ ঈহং নাইহং শারবা পাখঙ মচা অমা ইনাক্ নরু চেনখি। মহাক্ গাড়ী ময়াম থারিবতুগী মরক ফাউত্তনা চেনখ্রে। মাগী মতুংদ লংত্রিক লংব থাং পায়বা পাখঙ মচা অমগা অতোপ্প মুঙতুম পায়বা পাখঙ খরগা তান্নরকই। মখোয় মরক্তগী অমস্থ শাথিনা শোকপা উই। মখোয়বু লম্বী চৎপ অত্নুগা মফমদরাইদা লৈবা মীয়াম্ন ঙরু য়েংনৈ। রাদি ঙাংনদে, অদুম্ চৎনাখে; ঐস্থ চৎলি।

খরা চৎলগা ডুকান্ কারক্ত পোপ্ পোপ্ লাওবা খোঞ্জেল অমুক্ তারে। খোঞ্জেলহুগী মাইক্ল ল্যাক্তুনা য়েংথোক্লুই। পাখঙ মচা চহী ২০ লোমগী লেঙ্গা অমখক মনাতোলদগী ঈ অর-র-র হাথরদুনা চেন্থোক্লকই। অদুম চেনখ্রে। হন্দকীসিমদি তান্নবা য়াওদ্রে। অদুবু খ্যাক্কী মচুগী ফিজোল শেৎপ মুপা অনি অহুম্ রাথোক্কী মরি মখোং থিবা চঙশিনখি। লম্বী চৎপ মীয়ামদি মরম থোইনা খঙনীংউদ-মাল্লে, ঙহাক লকক্ তৌরম্লগা চৎখি। লম্বী চৎন চৎন তুংলোমদগী ৱাহৈ খরা তাবা ফংই। মখোয়গী লোল অদু মরোল শুদে। টিকেট লৌবদা মী য়াম্মন্দুনা ইন্নবনি হায়রিব্রা, নত্রগা টিকেট অদুগা মখোয়গা ইন্নরিব্রা, চপ চাবা অচুম্ব খঙদে। ফ্রেণ্ডস টকিজ য়োৗশিল্লকপদা মীনা কুক্ কুক্ ইন্নখিহুনা লম্বীদা চৎপ য়াদে। লম্বীগী চিদায় ওইরম্ল মহৌশা উরমদবা মওংগী অনৌবা ( ভি ) বিলাই অপাকপ নপ্প পুলিস খরদি মখুত্ত লিচৈ মতেক পায়হুনা লেপ্পী। লম্বী অসিদা মীদা নত্তনা সাইকল, রিক্সা অদুগা কার জিপ্পচিংব অচৌবা গাড়ীশিংসু য়াওরিবনি। চৎপ য়াদ্রদুনা হাজামগী শমকক্ফমদা চঙশিল্লে। ফনবু তান চারুরে। শম্ কক্লিংহুনা লৈবা কুইরবনী। “শম অসি খিৎ শাংমনখ্রে, খরা কক্থোকপিরবদি ফগদবনি।” হায়হুনা ইমূং মনুংগী মীনা হায়খিবা ঐ নোংম নিনিগী মম্যাংদ তাখ্রবনি। অদুবু মতমদুদা ঐগী পাউখুম অমতা পিখিদে। মরমদি য়ুমগী মীশিংন হৌজিক চাওখৎলে হায়রিবা আমেরিকা, বৃটেনচিংবদা মশম কক্তবা মী ( হিপিজ হায়ব্রা করিনো ) কাংবু কয়া লৈ হায়বসে খঙদহুনা ঐগী শম মহৌশাদগী খরদং শাংবসিদা হায়রীবনী নীঙখি। তৌববুদি আমেরিকাগী শমখাক্পশিংগী মতৌতন্ব কাংলুপ ঐখোয়খাইদসু য়াম্ল লৈরক্লে। মসিসু অঙাওবা মখল অমনি। মীসে মখল কয়াগী লায়না লৈবগুম ঙাওবরোমদসু শমদা ঙাওরা, কোইদা ঙাওবা, ফুরিত্ত ঙাওবা খোংগ্রাওদা ঙাত্তবা অদুদগী পেল্লক্তুহুনা খোঙউপ-আনোকফাওবদসু চথরক্লি। মশিনী চাউখৎলকপগী লায়না হায়বদো।

শম্ কক্লে, লোইরদ্রুনা মায় অসি মিংশেনলোমদা ওনশিল্লগা কমদোরিবগে য়েংলুই। অদুগা শমজেৎ অমনা অমুক্তং শম অসি হাৎকে নীংলুই। শমজেৎ লোগে য়েংলুবদা শমজেৎ অদু অতোপ্প খুৎ-চাউ অমা লামশিল্লক্লুনা লোখ্রে। ঐনা হন্ন য়েংথোকখিবদা ঙসাই ঐগী ইনাক নক্ল চেনখিবা পাখঙ অদু ওইরম্লে। মরাইবক অদুগা অতৈ মফম খরদা ফি মচেৎন কিশি কিরি। ফি মচেৎশিংদুগী অয়াম্ব শরুক্তি ঈ-তৈরি। অঙবু মহাক করিস্থ নীংঙায়দনা হাজামগী থগ্নিবা থাউ হৈদুনা মশমদা তৈশিল্লি, পাউদর থাজিল্লি। মথং মথং মানা তোগে নীংব থবক খুদীংমক লেপ্পুনা চথরক্লি। কেবা য়াবমখৈ কেরে। মতুংদ মাগী নীংগী খোংগ্রাও খাওদগী চুরুপ মচৈ অমা লোথোক্লক্লগা চমগদবগী মৈখেৎ কোইথি থিরক্লে। পন্থরমদনা হাজামগা থংনবা পান দুকান অমদগী মৈখেৎ উপু অমা লোরগা চুরুপ অদু চমখ্রে অদুগা হোই-মায় হায়রমদনা অঙম চৎখ্রে। মহাক চৎখ্রবদা ঐনা— "মশক খঙনব্রা?" হাজামদা হংই। —"খঙবা খঙদবা মখোয়গীদি অসিঙাক্তনী।" হাজাম্ন খুম্লকই।

হাজামদগী থোক্লকপদা লম্বী শিং হান্নগুম অঙম চিল্লমী। অদুবু হন্দক্কি মীশিং অসিদি কাংজেবুংদ ঙসাই তিলহৌবা ময়ামদুনি। হন্দক্তি মখোয় মখুত্ত প্লেকার্ড পায়দুনা চৎলরে। অমনা লাউরি— "মণিপুরদা স্টেটহুদ," মীয়াম্না খুম্মী "পিগদবনী।" মখা তাবা রাহৈশিংদুদি সরকারগী অচিৎ-অকোম য়েংশিল্লিবা কাংবুগী নোটবুক্ত ময়েক শেংন ইরমগনী।

অরাংলোমদা হায়গৎখিবদা সাদারজিখোয়, মোহনলাল-চুনিলাল ১সুং মখোয়গী মরি মতাগী দুকান পুম্নমক থোঙ লোন্নরম্লে। করিগীনো হংবদা – "দুকান থোঙ লোল্লু, হরটাল তৌ হায়রম্মী" হায়। কনা-ননো হায়বদি খঙদে। হরটাল তৌবনা কাম্নরিবা অসিবু কদায়দনো? অচৌবা দুকানদারশিং অসিগীদি ৫/১০ নি থোঙ হাংদ্রবস্থ,ময়েং তাবিরোই। অদুবু ইন্সাং নাপী খরা খরা য়োঞ্জদুনা নোংম-নোংমগী চরা তাঞ্জরিবী

ইমা-ইন্দোলশিংগী অন্নাবসিদি কনানা কুপথৎপিন্নিবা ? পংজরবী হুপীশিং অসিগী পোল্লক্ত অঙাওবা অঙাং খরনা বোমবুলা পৈশা ৫০ পিবা অমা অনি থান্নগা কৈথেন থুগায়ন্নিবা, পোৎফম ফম্বী ইমা ইন্দোল পূন্নমক্লা মপোৎ মফম খঙদনা হুন্দোক্লম্লগা কায়ত্নুনা চেন্নন্নিবসি কন্নীত্রা ? ৱাহং কয়া থোক্লকই। কনাস্নু খুন্বীরক্তে। মীয়াম লাংলিবা পোৎলক অদোমদা ন্নেক্রি খোং খোংহুনা পূলিশ খন্না চেনশিনখি।

মাংজিন—
২৭ | ৪ | ৭০ ইং

---

মাপল

# ঙসিদি লাক্লে

—"তারিবরো ?"

—"করিনো ?"

—"ফম্বদগী হৌগৎপসি মরৈত্রেনে ?"

হন্দক্তি পাউখুম্ পিবগী মহুত্তা হান্নগী ফিভম্দগী খরা হেন্ন চেক্শিন্বা হেক্তিনখ্রে। ফম্লিবা মফম্ অদুদগী শুক্লেং লেংদনা লৈখ্রে! লৈমনা হংজারিবা রাফম্ অদুদা করিমতা পূক্লিং চংবিদে। মদুগী মলন্ত মশাগী রাখল্ খন্বদা অপন্বা পিরৈ হায়বগী অশাউবা মিৎফম্দা মন'তোন চাউথোক্লকই!

মপুরোয়বনা থওইনা তাবিদবদু উরগা লৈমনা অমুক্সু মখা তাথরকই— "চে খরগা কলম্ অমগা সুমিৎ চুপ্পগী, করিবু কান্নরিবগে? চারাদি নোংম নোংমগী মশীং থীবা ঙম্শিল্লক্লে, হেল্লক্লিব। করম্ তৌসি হায়রিবনো? ঐসু শীন্ফম্ খঙজদ্রে। নোংম ফাদোক্লনি হায়রবদি কদায়নো ঐখোয়সু নোম্ফৈনা। চহী, থা, সুমিৎ মশীং খঙলক্লে। ঐসু পূবা ঙম্লক্লে

লৈমদু চান্নবা শাউরে, মমায় মমিৎ পূমঙাঙ্ ঙাঙখ্রে। মহাক্কী থম্মোয়দা মতম্ কুইনা ওমদুনা লৈরক্লবা লাইমন্ অদু মথং মথং কাংথোক্লক্লে। অদুবু লৈমনা থম্মোয় ফুক্কুনা লংথোক্লক্লবসু লেঙবিগদবা মীতাদি নত্তে ফম্লিবদো। ঙসি ঙরাংত থেংনবা থৌদোক্ নত্তে, লৈমনা শম্ লৈশারিঙৈদগী ঙসি ফাওব লৈমিন্নরকপদা লোয়নরক্লবা মশাগী নেশানি। লাইরিক্ ইবদা চাব, তুম্ব, থবক্ ইখাং অমতা নীংশিংখিদ্রবা মীশক্নি। লৈমগী রাহৈশিংদু খরসু তাবগুম অদুগা খরনা তাখিদবগুম্ তৌই! মহাক্ খৌরী চরম্দা মতেক্ ওইনা হৌরক্পা মশা নানবা লোক্ পাখং অমখক্ থাদোক্লমলগা চীংলেন্ন অদুম্ ফম্লী। লৈমনা ইরাং হেক্ হেক্ হৌরক্পদা মহাক্কী কলমদু

ঙহাক্ ঙহাক্ পোশ্বাবা ফংজে। হৌজিক্সু পুক্নোপ্তা তিক্রি হংলি-বনীনা কলম্গী মুংঙাইবী থেংলে। ফনা কুইনা পোশ্বারে।

ইবা লেপ্লে হ.য়ত্তুনা ফম্ফমদগী হৌগৎলক্পগী ৱাফম্দি নত্তে, লৈমনা ঙাঙ্‌বা হেক্ তোক্খিবদা অমুক্ হেক্ত ইগদৌৱিবনি। অদুনা মানা ঙাঙ্‌নিঙ্‌মখৈ ঙাঙ্‌জরৱবসু ৱাৱগা মথন্ত তোক্চখিগনি হায়বগী মওংদ করিশু থৌশাদনা লৈথোক্ই।

মপাম্দা লৈজৱিঙৈ, নহা ওইরিঙৈ, য়ুম্ পান্দ্রিঙৈদদি লাইরিক্ ইবা—লাইরিক্ লেংবকা হায়বসি য়াম্ম অফবনি হায়না খঞ্জৱম্ব লৈমনি। অদুবু হৌজিক্তি লাইরিক্ ইবা মীনীবু হায়ৱবদি হূ অরেৎ তিন্‌বমুক থারে। মৱম্দি মহাক্কী মপুরোইবগুম্ন লাইরিক্ ইবা খুদিংমক্ তৌরম্-গদবোই নীংলুবদগী। খল্লু খল্লুৱগা লৈমদো মপূক্নীং য়াম্ম মুংঙাইৱক্লে। মহাক্পু থওইবিদবা তশেংলবা, অদু ওইরবদি নহান্না মপাম্দা চৎখিরম্বসু স্নারিবনি। অদুমক্সু তঙ্‌তানা খঙ্‌দবগুম্ তৌ, মুপী মুপা ওইনা য়ুম্ পানমিন্নবগী মুংশিনবা থৌৱী অমনদি চেৎন লাক্শিন্‌খিবা অদুদা মশাগী পাঙ্গল ফুদোক্পদি ইঙম্ ঙম্দে। অদুগা নোংম নোংমগী ইমুং মমুংগী অৱাৎ-অপা খল্লুবদ খংপ্রেক্ খংন ৱাৱত্তুনা হায়জরুবা খুদীংমক্ থওইনা তাবিরক্লবদুদদি উপায় লৈত্রত্তুনা থোংজিন্দ ঙাথৱগা তুমিন্ন লেপ্তুনা লৈখ্রে।

লৈমদা কনাগুম্ব লৈকায়গী মনম্ম—মচেশিংন নোং-ফাদোক্ হায়-ৱক্খি— "লৈমখোয়দি মরাইবক্ ফবনিনা কবি অমদা থোক্লেদো, লৈবাক্ল শক্খঙ্‌ মাইখঙ্‌বা। ইবেম্মা! ইচেখোয়দি শিখিদবা মীমু-খাঙ, য়ু খরুঙ্‌ অমদ থোক্লত্তুনা পূন্সি অসে কেম্লবনে—কেম্লবা।" খুদক্ অদুদদি লৈমদো মোমোন নোক্লত্তুনা হায়রক্ই— "কদায়দগী-নোদা ইচে।" অদুম্ মতোক্খী। অদুগা মপুক্নীংদদি খল্লি— "কদায়দগী মখোয়না হায়জশারিবসে মশাদা থোক্তত্তুনা তৌরিবনি। ইফি নীংথি মুংঙাইবা অমতা ইমান্নবগা মীমান্ননা শেৎচবা ফংব নত্তে। লিক্

অসিমতং লৈ অসিমতং এগীনি হায়ড়ুনা তঙ্তানা লৈজবা ফংদ্রে। খরা লৈর সরকারনা মতেং পিরক্লগা হন্দোকপিনি হায়। খরনা লাইরিক য়োল্লগা শিংবীনি হায়। ইপোৎ অমতবু ইশাগা লোইনজবা ফংদ্রে। মীগী মখুত্ত বন্ধব থম্বা নত্তুনা। অসিবু করি নুংঙাইবনো ? লাইরিক ইরিবনি হায়ড়ুনা ইমুংগী কান্নগদবা থবক্তদি মোরোক পাম্বী অমা, মরোই মকা অমা ফাওব পৎ থৎনিংঙায় লৈশিল্লকত্রে। অসিবু লাইবক্ ফৈ হায়বিরী, করিদা ফরিবনো ?”

নোংমসু পুখ্রি'পাম্দ চেংহী লুমিন্নখিবী শিজনা করি হায়খি: মহাক্ন হায়খিববু— “নহোয়' ইবুংঙোদি হন্দক চহীগী লাইরিক ইবা পুন্নমক্কী মকোক ওইরে ; মনা ফংলে হায় করি মনাবু ওইরম্বগে ?—” অসিনি ! “মতুদা ফংব মনাড়ুবু করি য়েংত্নুনা কল্লক্নরিবা ! চে মচেৎ অমগা করি করিনো অঙাং মঙক্ত শিব য়াবস্তু নত্তবা খরা লোইন-রক্তুবো। কায়ড়ুনা চাবা য়াবস্তু নত্তবা লুপা ময়েক্মুক্ চাওবা মচেৎ অত্তুনা করি তৌনগদৌরিবা ? মী হায়বসে মশাদা থোক্তুড়ুনা খঙ্দ্রবনে ? করিশু কান্নদবা। করি লৈতবা চেজেৎ খরদা পঙ্ই ইশিল্লগা অমনা অমা হায়, অমনা অমা পাংশিন ; চঙ্না শিরবা মী অসিবু তশেংব লাইপোক্ ওইহল্লে। মখোয়নদি হাঃ কবিনা হাঃ অড়ুনি অদানি হায়রি— এঙোন্দদি করিসু কান্নদে ইথৌ হাপ্লিব নত্তুনা।”

লৈমহু খনবমখৈ খল্লুরগা মপুরোইবদা অমুক্ ওনশিল্লক্লে। হায়-রক্ই— “চানবদি নোংম নোংমগী ঈশিং ঈচাওনা হেনগৎলক্পগুম্ তাংখৎলক্লি। হৌজিক্ লাইরিক্ ইবনবু করি কান্নরিবনো ? ছাপা-খানাগী শেন শাগৎনবা অড়ুগা লাইরিক্ য়োন্বা দুকান্ মপুনা লৌরি য়ুম্ফম্ লেপখৎনবা নত্রাও ? লাইরিক্ ইবা কন্নাবু মরৌ মশিং লেপ্প য়াওরবগে ? মরল্ মথুম্ কায়বা নত্তনা। শেন্ খরা ফংলকই, সরকারদগী ফংলক্ই শেন্দোন্ শিংবমক্ত কোম্নদে। কোন্বু কোম্নরিব্রাও ? কান্নবা থবক তৌত্নুনা য়ুমগী লৈত লাইরদি খনবিদ্রে। হাঃ হয়েংদি সভা

ক্ষম্ব চৎকনি ফী শুদোকউ। অদুদগী মিটিং লৈ ঙসিদি। হাঃ অদুনা কৌরী, অদানা হায়রী হায়বসিমক্তদা ইপুম থিৎলে ঐগীদি। মুপীনি, ঙমলীমখৈদি হোৎনরমগে খন্দুনা অরাবসি খাঙ্‌লকপনি। ঙসিদ ওক্লে। পেপ্পরে।" অসি হায়রম্‌লগা লৈমদু মহাক্কী কারোম্‌দা চঙ্‌খ্রে।

লৈমগী মহৌশাদগী লোইনরবা মচিং মশোন নাইবা হায়গদ্রা করিনো অমা লৈ। ঙাঙবা হৌশ্রবদি লোইবা লৈতবা মথং মথং হেক্ত শমথরকপা। ঙাঙদ্রগসু থা অমা অনি রাহৈ অমগা হায়দনা মানা থোকপা অদুম মরৈবা মীতানি। অদুবু ঙসিদি রায়াম ঙাঙ্‌বগী মুংশিৎ অদু থেংনরবসিদা লাইরিক ইবা কবিদু মহৌশাগী খঙনবা অমদি লৈবতায়, তুমিন্ন লৈবতনা অফবনি হায়না খনখ্রে ; করিমতা খুম্‌-লাকখিদ্রে। মরমদি লৈমসু মরক ময়াদা ঙাঙ্‌বিবা মুপীদি নত্তে, অদুগা অচুম্ব রাফম্‌দা ময়াঙ্‌দগী য়ান্থরক্লিবনিনা খুম্‌লুবদা লেমনীঙাই নত্তে হায়বা মশানা খঙ্‌জৈ। পূম্নমক্কী মথক্তা অনি অসিনা য়ুম্‌ পুন্নুনা লৈমিন্নরকপদা অমনা অমগী মতিঙ, মথৌনা মরিংজেল মমুং-তানা খঙ্‌নরক্‌ই। অদুনা অমনবু শাওরবদি অমনা হক্‌ :হক্‌ নেম্‌-থবসি মশানা চংনরক্‌ই।

খুমগদবা মুপাদুনা মখুমদ্রবা অদুদ। লৈমদু হেন্ন হেন্ন শাওগৎলুরগা মথন্ত ইকাইজরক্লে। মরাইবক্ত খুন্তুম্ব শুরদুনা ইমুঙগী কাদগী থংনবা কারোমদা অমুক থোক্লক্লে। লেমহৌরিবা পূন্সি মখাক্‌ অসি করম্ন লেনগদগে হায়দুনা মশা মথন্তদা তাইনজরক্লে। তাইনক্ষম ফংদ্রবদা মশম্‌ মনা ইফা ফারদুনা মমিত্তা পীগী ইরা চেন্থরক্লে। নীংঙম্‌দবগী চৈনাখোন্দ তুকথরক্লবা মশা অদু পুরদুনা চাক্‌শংলোম্‌দা চংগদবগী অমুক্‌ লৈশিন্‌খ্রে। মচিন্দদি থম্মোয়মুংদগী থোক্লকপা লাকঙম্‌ ফাঙম্‌-দ্রবা শ্বর অদুনা মৈরীগী মতৌগুম্‌ কী-কী কাম্‌লী। হায়রকই— "ঐগী মথৈ পরেংদু ঙসিমক হন্দোকপিরু। চাক্‌ চাদ্রবসু ঈশিং থক্লগা কম্‌দুনা নীংতম্না ইবিহৌ লাইরিক্তো! ইপোত্তু পুরগা ইয়ুম্‌দ। চৎচখিগে।

ঐবু ইমা ইপা, ইবুং ইপুব্রা লৈজদবা ; পিতৎ পাতৎপস্থ নত্তনা করিগী অশুক্ তোম্ন হিংজরুদগে। চৎচখিগনি চৎচখিগনি, হায়গদবা হায়বিরো।"

লৈমদো চান্নবা কপলক্লে। মহাক্কী মচিন্দগী ব্রাহৈশিংদু মৈবুনগুম্ন মরৈ মরৈ তারদুনা শাফু কম্ন পাইশিল্লক্লগা কবিগী হকচাং কয়াৎ শিন থুংন চাক্থেক্লরে। খুদক্তুদা কমলম্বদগী হৌগৎখরে। মশা অদু অমুক্তুং লৈজবী থাদুনা তিঙলী য়াঙলিলুরগা মায়থোঙদু মোমোন্ নোক্ল-দুনা লৈমরোমদা মুংশিনা য়েংলগা হায়রকই – "হোয়, মঙনা হায়গুম্নদনা ব্রানোমত্রবদি য়ারক্ত্রবা মতম্ অসিদা মহৌশাগীশিনদি চৎনবা য়ারোই-দৌরে। তম্নবা লাইরিক্ খরদুম্ ইরগা শেন্ তানবা নত্তনদি নঙগী খদাং মখা থাদুনা তোকপা তাখ্রে। নত্রগা য়োৎপাক পায়বা ইথোল কোইবা। মদুদা নঙস্থ বালটি অমা পায়রগা ইনশাং নাপী ঈশিং চাইবা। কোঃ য়ারেদনা ? হৌগৎলে হৌগৎলে, ঐ হৌগৎলে।" অনিমক তুমিন তুমিন লৈনখরে। অদুগা অমনা অমবু মুম্ন মুম্ন য়েংনরকই।

অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ হৌজিক্তি কালেন থানী' অদুগা মুংশাগী মৈশানস্থ য়াম্ন য়াকখৎলকপা মুঙথিলগী মতমসিদা মৌ নহা অয়াম্ব কাংবু কাংবু নাইনা ফম্নরদুনা মৈশা খাংন খাংন পোথানরীবা মতম্নী। মতম অসিমক্তুদা ব্রারী মতাং মতাং খুদিঙদা মৌ নহাশিংদু মকা লাম্ন লাম্ন হৌন হৌন নোকমিম্নরকই ! মখোয়দু কনা কনানো হায়বদুদি মশক অমতস্থ খংলমদে। তৌবমক্তি মীকুপ খুদিংগী ওইনা নোক্লিব', য়াম্ন মকা লাম্বী মীনে:কসি মখোয়নিগী চহী ১০০ না শাবা পুন্সিসিগী ওইনা য়েংলুবদস্থ ওম্ভোক্ল তাংখ্রবা পোৎশক নত্রগা পুন্সিগী লন অদুনি। অস্থক তাঙবা পোৎশকসিবু অশুক হোঙনা শিজিন্নরিবা লল্লৈবী মৌনহাশিংসি কনা কনানো হায়বা মশক খঙলুদবনা ফৈ।

**লোইরবা**